লংমাই

# শীতঙা

অইবা

কে, বীরেন

১৯৮০-৮১গী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী শেল্লংনা ফোংবা

# লংমাই পীতঙ্গা

মমল লুঃ ৫

অইবাঃ

কে, ধীরেন

অফোংবা— অইবা

অহান্না ফোংবা— মার্চ ১৯৮১

মশিং— ১১০০



ফংফম— ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং।

নম্ফম— থোংনাংপোবা প্রেস, থুরাই লম্লোং কৈথেল।

# মীশিং

**নুপা—**

নিংথৌ— মীতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবা

ৰামৈ লান্থাবা— পীতঙগী মপা, শেলোই লংমাই নিংথৌ

পুন্সি য়ুম্মোইবা— খুমন নিংথৌ, খয়োয়রোল কৈরুংহাংবীগী মপ.

সনা লাকখ্বা— মোইরাং নিংথৌ, লৈম নামুন চাওবীগী মপা

নাউথিংখোং— মৈদিংঙু উরা কোন্থৌবগী মপারি

নোংবান শোইশেম্বা— মৈদিংঙু নিংথৌগী শোয় পান্নবা

পুখ্রম্বা— মীতৈ ফম্নাইবা অমা

নোংথোলবা— মীতৈ ফম্নাইবা অমা

অয়াওবা— ৰামৈ লান্থাবগী মনাই
লান্মী, মনাই আশন অরাং খর।

**নুপী—**

খাবরোল নোংজেংশু— মীতৈ লৈমরেম্বী

লংমাই পীতঙা— ৰামৈ লান্থাবগী মচানুপী, নাউথিংখোংগী
অহানবা তালোয়

খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী— খুমন নিংথৌগী মচানুপী।

---

লিলা অসি শান্নবিগে হায়রবদি অইবদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

লাইরিক অসিগী বারীগী লীয়াং

"নাউথিংখোং কম্বাল কাবা"

দগী

লৌথোকচবনি।

# লংমাই শীতঙা

## Act I.

নুংথিল কংলা

উরাকোম্থোবনা নিংথৌগী ফিজেং লৈতেংনা
লৈতেংলগা ফম্বালদা থরাই মুংঙাইতনা ফম্লি।
মচা মনাই অঙম-অথৌ শেলুংবা, পুথ্রবা
নোংথোলবনচিংবা কয়াস্থ সনা য়াথং করি
হায়রক্কদগে হায়না তুমিন-তুমিন লৈনরি।
তাঞ্জা অসিদা খাবা শলাইগী লৈমরেন নোংজেংশুনা
মৈদিংঙু সনা খাদ চংজরক্কুনা খুরুম্মী।

নোংজেংশু— ইনিংথৌ

নিংথৌ— লাউ ইশানৌ লৈমরেল! তম্মু করি অরাংপা

নোংজেংশু— ইনিংথৌ

লৈবাক থৌনা কনবনা অকাউ পরৈনবিরব্র?

নিংথৌ— করম অকাউ পরৈগী লংজিন কিগ্রবনোনে

লৈবাক রারা লৈমরেন [illegible] রানো তম্মুদঃ

নোংজেংশু— পলেম মমা ওইবীগা পারি মমোম কায়নবা

মঙাল য়াওদ্র থাবলগ পাংখক ওইরে ইনিংথৌ;

ফিগাও শানা য়াজরি পিবিয়ুনে নাউথিংখোং

নিংথৌ— ইশানৌও নোংজেংশু তম্বা মীকোক কয়াম
পোইরৈ শিন্না থাহুনা পারি মাবু ফংনবা
খিহনগ্রবনি ঐগী খুৎনাম থোঙ্গুল লিনবা।

নোংজেংশু— ইনিংথৌ!
পায়ম লৌশিং তাম্লিবা নৱা শিংদ চল্লিবা
ইপারি নিঙথি চংখোনবা নৱা মাই মরালবু—
নিংথৌ কাদ লংজবা হকমনখিবা লৈবৱা
নৱা ওইবা মহাকপু সনা নাক্কে তাম্থোকপা
নপারিনি ইনিংথৌ লুনা চান্না থমজবা

নিংথৌ— ইপারিদি নাউথিংথোং অচানবদি পারিনি
লৈবাক থোগাই পুরিবা নিংথৌ ঐগী থৌরাংদ
পন্থৌ মপাস্থ ওইরিবা ঐই বাধু ইন্দবা
ওক্সন্থ শিংসন্থ খন ৱারক বাতেম্ববদা
হায়বা ইন্দ চৎখিবা মদোম হঞ্জরকনি।
নিংথৌ মচা ওইরগা শাদা লান্দা হৈত্রবা
থাংদ তাদ হৈত্রবা করম অথৌ লাঙ্গোম্নি?

নোংজেংশু— অচুম্বনি হনিংথৌ অতুম অতুম ওইনমক
নপারাদ চাউদ্রবা করিস্থ খংজদ্রিবা
নশানৌ ওহবী ঐহদি য়াইরেল্লকী য়াইবীনি
য়াথংত্নদা তাকপিয়ু অকন থৌদা পিবিয়ু।

নিংথৌ— তম্পা কনা কনা লৈ? পারি হোংনেম চাউদবা

নিংথৌ— মাইকৈ মরি লাক্ল চৎ উনা উপ্পা লোংনা ছাই
লোংন তাব উপ্পা য়েং খঙননবা মথিরু।

মনাই ময়াম— ইনিংথৌ, [ খুরুম্নগা চৎখিবা ]

নিংথৌ— ঙাইখো ইদাই অচানবা!
করিগুম্বা মহাক্না থেম্ন নৌনা হায়বদা
হনসি হায়বা য়াম্রবা অকন অরিন শিংলুম্ন
লৈফম চুদ খঙলগা অচুম তন্না হল্লকউ।

নোংজেংশু— ইদাই নঙবু তাবরা, মসিমম্তু হায়য়ুনে
পলেম মমা ওইবীগী হাংল তম্পাক তমনা
পারি মাবু ঙাইহুনা লৈহৌইদি তম্নম্মু।

**Light Off**

## Act II.

নোংমাইজিংগী থেল অমা                    নুমিদাংবাইরম

পীতঙা পুল অমগা লোয়ননা লাইজ ঈপাল লাংনবা
ঈখোং অমা তান্না চৎকদবগী থোরকই— থবাই
নুঙাইতবগী মওংনি, পুল থম্মী, লৈ অমা থৎলগা
চিনশিল্লি।

ঈশৈ—        ইঙাই থকপী নোঙ্গৌবী
কুমগী নোংবু লান্নগা
ঈখো লাংবা কোকনি॥

কুমগী নোংদম ঈশৈদা লৈরাং থম্বাল শাংচহৌ
থঙলেন খোইমু খিজহৌ অপাম নুংশি থুংনহৌ॥

শেলোই লাইজ ঈরিক্না লৈশাং তম্বী লৈবাক্নৈ
লৈরাং নঙদি কেল্লবোই ঈনুং পুঙ্গোই লানঙমদ॥

ঙাংন-ঙাংন পুল অমা পাইখৎলগা ঈশিংখোং
তান্ন চৎলি, তাঙ্গা অসিদা নাউখিংখোং
লম্বেল লমশাং লাকপগী অবাবা, কোরৌ
মৈশা লাংবগী অবাবা, চারক থকলক্তবনা
চাকথরবা মশা অতু উরুম শাংবা উখা
অমদা অরা পোত্থারি— মশা অতু অরাম
খৌরাংনা খৌগংনবগী মওংনি।

নাউথিংখোং— থুংফম খঙদ পাইরিবা অপাইবদি লৈচিন্নি
লম্লেক হাংস্নাই কাওরেনগুম মফম খঙদ চৎলিদো।
লৈরাং লৈখল লৈতেংবা লোইবী লোবমাই লমথৈগি
লম্নেন লমদম লমন্দুংশি লমদল্লগে লম-শাগুম
চাঙ্গী চাংজুম্না চাংলক্ত চাঙ্গোইদৈ চেল্লিবা
চাংন চাংন চখোম চখোম চুরুপ চুরুপ চুপ্তুনা
চিংশিল্লদি চিনসিনা, চেনঙমগনি চাংয়াদ।
চাঙ্গা চাংজুম খুজোকমা নিবা ফংবা লৈতরি
চেপ্থখিবা ঈয়াউখোল ত্রোং ত্রোং লাওনা মতারি

[ অসি হায়রল্লগা নাউথিংখোং ৱামন্দুনা
উরাং অমদা ভাপ্পরগা ভাইহাক উরি
তাঞ্জা অসিদা পীতঙা ঈশিং শোক্লুরগা
লাকই— নাউথিংখোং উবদা ইঙক ঙক্লা
য়েংলি, মিৎচানৈ ]

পীতঙা— খয়ুম লাইর কনানো মুঙাই তুমখুল তাল্লিবা
চেংলৌ শকফমনিনা মুজা লকাদা মিরেন য়ৈ
তম্বা ওইরে মিৎপাংলো খয়ুম ওইরে মশানখো।

[ নাউথিংখোং তাঞ্জা অসিদা মীকপ
থংথোক থোক্লকই— য়েংনৈ ]

নাউথিংখোং— লৈরাং মতম মাল্লিবী শানৌ হায়না ৱাহৌগে
মুজা নঙবু তাবরা? পাখঙ ওইবা ঐহাক্কী

নাউথিংখোং— কাহৎলবা কায়াংশিং থাম্বী মৈপোক লাংগুম্মী
পুলাং লুরোই থোংলিবী মুজা নঙগী লাইজনা
নোংদোল নোংলিক ওইদুনা ঈখৌ লাংবা কোকহল্লু
চোকথরবা হকচাংসে তেকখৎনবা থকচগে।

পীতঙা— মুজা ওইবী ঐহাক্না থঙলেন হায়না বাহৌগে
পাইম মুংদ খল্লিবা কয়মবু হায়সিবা?
কোরৌ মৈশা লাংবদা মুজাই লাইজ ঈশিংনা
ঈখৌ লাংবা কোক্কনা, তম্বা পাইম ইংগত্রা?

নাউথিংখোং— কোরৌ মৈশা লাংবদি পামেল উথা উরুমদা
মালং মানা য়ৈরগা মৈশাদুস্থ মকোক্নৈ
মুজা মৈশা লাংবদি মুজা মাগী মথৌনি।

পীতঙা পুন্দগী ঈশিং হৈথদুনা পিথকই
থক্ক থক্ক ইকাইনা য়েংনৈ— মপা চানদনা
ঈশিং হৈদোকই— নাউথিংখোং মবুক থম্বগী মও:

মুজা চেংলৌ অহেনবী লৈরাং মতম মাল্লিবী
পন্থৌ কনাই মশুমাং লৈরাং লৈশাং তম্বীনো
কোলোয় করি মীঙ্গৌবা খঙজনিংই তম্বনা।

পীতঙা— থঙলেন হায়না বাহৌগে মুংশি ফিগৈ শেংজরি
লংমাই অচোং য়িম্লেনবা শেলোই লংমাই ফুরুপকী
বামৈ লাম্থা নিংথৌগী ইদোম তরক শাৎচবী
পলেম কোলোয় তঙ্খাই লৌ পীতঙা কোলোয়বীনি॥

পীতঙ:— নতিক নঙাল ত্চৌবা পাখঙ ওইবা নহাক্তী
লম্লেন কৈদৈ লমথোকপা থঙলেন করি কোলোয়নো ?
পাখঙ ফিগৈ শেংবীয়ু মুজা ওইবী ইকাদ॥
নাউথিংখোং— শানৌ ইনেম মচাও কংলা ফমথোল ফম্লিবা
তাউদনবগী য়েক্লানি কোলোয় মিংলেন নাউথিংখোং
পীতঙা— পাখঙ কোলোয় তাবদা পাইম পূক্লিং হুখিদো
পাখঙ কৈদ লমথোকপা পন্থুং কৈদ তানবিবা॥
নাউথিংখোং— পন্থো ব্বারক মীচৈ ফং ঈপল চৈগী চৈথেং ফং
লমথা শলবোই শাহুনা ব্বাইথুংবনি মুংশি কা
য়াইবী পুনা চৌল্লিবা পাখঙ থব্বাই কল্লুবা।
মুজা খুজেং পালোয়ন পোম্বী চেক্লা য়ুম্দিন্না
চেক্লা য়াইবী কম্নবা চাক্তাফমথু থিজরি
পীতঙা— শেলোই চীংদ শাৎচবী শিঙেল লৈরাং ওইবীবু
পোইরৈ মীতৈ লৈবাক্তী মতিক চাবা ওইরোইদা।
নাউথিংখোং— মোম্নু নঙগী পুতুং ইন মুংশি নঙগী মিরেল থুপ
লংমাই তেংনা য়িমকাগে শেলোই কাদ মুয়িনসে।
পীতঙা— ওইথোক্তবা য়াব্বানা চীঙ্গোই পাউমেম্নবিবা—
নাউথিংখোং— মুব্বা নফম লাংসিদা য়াইবী থুপ্পা পানঙমগে
চীংঙু শারেপ্পসমু। শেলোই লংমাই অসিগী
নোংপোক নিংথৌ-পান্থোইবী চীংঙুবু পন্দুনা
শরি পন্দোল লোম্লগে মুংশি থব্বাই কল্লুকো।

নাউথিংখোং— হয়েং করিগুম্বা নোং পাখঙ লাইবক চাওবনা
লৈকোই ময়াই লেপ্লবা লৈম ফমথোন থিন্দোক্কে ॥

পীতঙা— লৈম ফমথোন পামদুনা তুবী নঙবু থম্মোইদা
চেৎনা থাগোল্লজবা ইতিক ইপা ওইজদে
পাখঙ নঙগী অরাবা মতেং পাংগে খজ্ঞৈ
থঙলেন নঙগী নকাদ মুংশি রাতেম্মবনি।
অসি কোরৌ নোংসিদ পাখঙ য়াইবী কল্লবা
মোয়্ ঐগী ইরানয়াই মুংশি খোঙদোয় হুল্লসি।

নাউথিংখোং— চেক্লা নঙবু ফংজবা মুংশি পন্থুং য়োৌজরে
শানৌ নঙবু ফংজবা থরায় মিরেল থুপ্লনি
মুংশি হৈনা তুংইনগে থুজেং পালোয়নরসি
চিং-উ নঙগী নশাইগোন মুংশি ওইবা ঐহাকপু।

[পীতঙানা নাউথিংখোংবু থুজেং পালোয়নদুনা
চিংদুনা চৗংগী অঙম্বা শরুক্তা কাখৎখ্রি]

Light Off

## Act III.

কংলা অয়ুক

[ উরাকোন্থোবা ফম্বালদা ফম্লি। মচা-মনাই
অঙম-অথৌ শেলুংবা, পুঙ্গবা, নোংথোলবনচিংবা
কয়াস্থু সনা য়াথং করি হায়রক্কদগে হায়না
তুমিন-তুমিন ফম্লী। শিল হায়দোক্তি্রৈভেদ
হাওয়াম ময়াম লাংহ্ননা হোয় লাওহ্ননা
চংখিবগী থোঙ্গেল তাম্না তাই। তাঙ্গা
অসিমক্তদা নোংবাল কদেম শোইশেম্বনা
লৈখোম লৈনাঃ ইতৈ তৈনা পাথংনা
চেনশিল্লকই। ]

কদেম— ইনিংথৌ !
ননাই কদেম ঐনা খুয়া খাদ খুরুমজরি

নিংথৌ— ইদাইরেম নঙনা ইপা পাখংনা চেল্লকপবু
লৈবাক্তীদি করম্বা য়াবা চীঙ্গোই মপাউনো ?
হায়য়ু তাসি শোইশেম্বা।

কদেম— নদাই কদেম ঐহাক্না লাইজ ঈনৌ তাবদা
ইকা ঙাবু কাগদৈ শোয় নাপ্পবু লৈরিডৈ
নাদ ঈথোং মক্কদা হাওরৈ নোংপোক পাংবদৈ
শেলোই লংমাই লালোইশিং লংমাই লালোই লাল্লাওদি

কদেম— লয়েন করি লল্লাওনো কোরৌ নোংবু খোঙ্কুম্মী।

নোংথোন— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ শেলোই লংমাই ফুরুপ্পী
লিক্লাই ঈনিংথৌ নহাক্কী পাম্বোম মথা থাবনি
কুমগী লোংদ চাওজবা হঙোই মচা কয়াদি
লিলহা ওইবা কয়াগী মচিঙ্গাকপু ওইদত্রা ?

পুব্রম— ইনিংথৌ
করি মতিক লৈহনা হুয়েন লাল্লাউ লাওহনা
লাইরেল মৈদিংঙু কাদা শায়মা তিংথং খোঙয়ুনা
শিঙনগেবু হায়হনা হুয়েন লান্দাবক'নো ?
[করিগুম্বা থর হায়নিংরগী মওং
উংলি কদেম চনিং-চাম্নাং শম্নত্রি]

নিংথৌ— পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্পা অথৌ লাঙ্গোনবশিং
করি মতিক লৈহনা মীতৈ সনা য়ুম্বীদা
শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা উরাই হকপা ঙমগনি
পায়ম তথরুখিনু— ইদাই নোংবান কদেমগী
য়াবা মপাও ত্রাখিসি। প্রাউগী পাউদম পস্থিংত্রি
হকচাং হকচোক্লবনা হুঙ্গৎপদি ঙমদরি
শামু খুকম চেত্তরি পায়ম চনিঙ ত্রাদ্রি
বারম মতোল লোম্নবা বারোল মথা ত্রাগিসি।

কদেম— লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ
শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা তুগী নকম লাংসিদা

কদেম— লান্দাগেবু হায়রুনা হুয়েন লল্লাউ লাওদেদো।

নোংথোন— নত্রবদি কদাইদা ?

লংমাই লমকেৎ লমহায়'শিং হাওবে কদোম পাংগ্রবা ?

কদেম— তাবিসিদো অঙম্বা !

পুত্রম— হায়য়ু কদেম শোইশেম্বা— মথা তারো তারসি।

কদেম— অঙম্বা—

হাওকপ চীংশাং লান্দাগে লালগী লাল্লাউনরকপা

শোয়বা তারে শোইশেম্বা খঙ্গরকুনা নদাইনা

কোরৌ থোঙ্গা তানগ্রবা পাশিল্লগে খন্দুনা

লেমৈ ঙাপুম লৌজরে শমু হকচাং পুমতৈ তৈ

য়ালেম লৈদ য়াহিপ তা, লৈরোল ঙাইবা হকচাংগুম

য়াইবী নিংশা শংহোন্না শিশিন্নখি নদাইনা।

নিংথৌ— (নোক্লদুনা) হাঃ অঃ হাঃ কদেম নঙদি,

পাইমা লৌশিং চাউইদ

মীতৈ ঐগী ইপাচা তম্বা কনাই লুরেলবু

য়েক্লবগী মথুত্তা তাহনম্দে শোইশেম্বা

মসি মীতৈ ঐখোয়গী পাগী পুগী শরীনি।

নোংথোন— তুবী নিংথৌ ইনিংথৌ ! শেলোই লংমাই ফ্রুপসি

লমকেৎ লমহায়মল্লিদ— অচুম্বিসু মথক্ত

মীতৈ লমগী পনথৈদ যাবা 'মত্তা পাউহংদ

বারম 'মত্তা বাকত্তা শেলোই মনিং তৌবদি

নোংথোন— মতিক চাবা চৈরাক্কী চৈগী চৈথেং পীবি'নি।

কদেম— ইনিংথৌ ! শিশিন্নরবা

শমু ঐগী হকচাংদ লংমাই মরাং হৌবশিং

শমু খোঙন তান য়েং কদেম ঐবু হুল্লানখি

অতুগীসু মথক্তা হোরেল তম্না তেরকপদা

লালু চোনমাই লৌরসি হায়রগা খোঙশানখি

লংমাই মিংয়েং হুক্লম্বা সনা থাগী তয়ুমনি।

নিংথৌ— ইয়া— ( শাওনঃ )

শেলোই চাশিং লাকচৈদ

মীতৈ ঐগী ইরমদ শেলোই মিংয়েং চংলবা

নিংথৌ ঐগী অচানবা নোংবান কদেম হকচাংদ

শমু খোঙনেং খোঙতাবা মতিক য়েংগে হন্দক্তি

লালোং সিগী লাম্থোংসিবু·········।

নোংথোন— লাম্থোং হায়বু ইনিংথৌ !

নদাই কদেম শোইশৈন্নি লালু চোনমাই লৌনবা

নাদ ঈখোং মরিন্দ লংমাই শোয়দ তেরকনি

বাংলেন অতুমক্তদা পোইরৈ লালোই পুম্বনা

শেলোই মাইগৈ তমহুনা মতিক থোকপা লাক্লসি।

নিংথৌ— ফরে অঙম্বা 'হুদি শেলোই লংমাই লমকেৎপশিং

মোংবা মরান থাগুমসি থিল্লে হুজিক লাওথোকউ।

নোংথোন— হাই হাই ভম্বা, তারিব্রা ? নথোয় কনা কনা লৈ ?

মনাই ১— ননাই লৈজৈ অঙম্বা [ শুরুম্মী ]

নোংথোন— চৎলো, থিল্লে, হুজিক লাউথোকউ মীয়াম পূম্বদা
খোঙলৈ থুদ য়াদে সনা য়াথংনি খঙলব্রাও ?

মনাই ১— করম্বা য়াব্রা চীঙ্গোইনো তাকপিসি অঙম্বা।

নোংথোন— থিল্লে থিন্দদ থিল্লু কংলা য়াইবুং অচৌবা
তুবী লাইরেল ময়াথংদি য়ুমকোক খুদিংমক্কগী
তম্বা নিপা ওইবশিং মীকোক 'মমম থোক্কুনা
লংমাই লালোই পূম্বগী লানগী লাম্বা তৌগনি।

মনাই ১— [ চৎখি ] পুংজাউ থিনবা দোং দোং দোং—
দোং দোং দোং দোং— দোং দোং দোং।

Light Off.

## Act IV.

লম্বেল | হুমিদাং
--- | ---

[ পোইরৈ মীতৈগী লাম্মী থরগা লোয়ন্‌না ফম্লাইবা অঙম-অথৌ লাঞ্জিংবশিংনা লংমাইশিংনা লাক্কদবা লম্বেলদা ঙাইহুনা লৈরি— মখোয় মশেল মাইকৈ থুংনা থৎপগী মওংদ থর-থর থায়দোক্লহুনা চৎনশ্রি নাগ তুরেল খোং-হুংদা লৈবগী মওংনি। লংমাইশিংনা হল্লকপা মখোল তাই। ]

লাঞ্জিংবা— হায়! তম্বা কনা লৈ?

১বা লাম্মী— ননাই লৈজে (খুরুম্বা)

অঙম্বা— হাওকপ চীংশাং থেংলুবা লংমাই লালোই হল্লক্লে লাঞ্জাবা 'মত্তং চত্তুনা য়েংঙু কদাই য়ৌরক্লবা! কদেম!—

কদেম— অঙম্বা!— করি তাকপিগদবা?

অঙম্বা— শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা হল্লকদ' য়াংদৌশিবু হাওরৈ কদোম পাংলকনি অসোমদবু লাক্কবরা?

কদেম— ওইগদমাল্লে অঙম্বা। লংমাই শেলোই অপূম্বা কদেম ঐগী ইহকচাং শমু খোঙনা তান য়েং হাওকপ চীংশাং থেংলুবা হলবাইরকপা মতমদা লালু চোনমায় লৌরসি ঙাঙনথিবনি মখোয়

অঙম্বা— ফরে মৈদিংঙু মদাইরেম লংমাই 'খোয়গী মতিকতো
ঙসি কোরৌ নোংসিদ খঙলগনি শোইশেম্বা।
শেলোই মখোয়' লমকেৎপা লংমাই মখোয়' লমহাইবা
মীতৈ সনা পুংময়োনগী অথৌ লাঙ্গোনবশা
তনবা কাচক হৌবগী শমু খুত্তা খঙহনসি
পায়মা লিংজেল উৎলসি অথৌবশা চেকশিল্লু।

কদেম— অচুম্বনি অঙম্বা—
মীতৈ লালোই পূম্বদি শঙাইশেল মৈবী পাইবগুম
হুয়েল লাল্লাউ অমদা শারেল নোংশা পান্দম্লি
মীতৈ লালোই অয়াম্বা শতু নারক চংহুনা
তাংজ লিলগুম লোনথুপ্ল হুয়েল লাল্লুম্মুবনা
ফরগনি অঙম্বা।

১ব. মনাই— (চেনশিল্লক্তুনা খুরুম্মী) অথৌবা, শেলোই লংমাইশিং
হাওকপ চীংশাং মাইকৈদগী হরাও মথোই কাহুনা
য়াংদৌসিবু তম্লক্লে য়োৗরক্লনি অঙম্বা
শাবাউ লাল্লাউ তাজরে—।

অঙম্বা— থিল্লে 'হুদি হুকিমক মীতৈ ঐখোয়ল াল্লোইশিং
ফ্রং লমঙম তেনগুম্বা অথৌ লাঙ্গোম্বা পূম্নমক
চুঙগা চুঙগা চগ্রিক্ল থাঙগা থাঙগা থংনন
তাগা তাগা তরুন থাঙহায় শোয়নননবা
মিকুপ নাহুম য়েংহুনা শহু য়াঙ্গেল্লক্ত থুপ

অঙম্বা— হুয়েন লাল্লুম্নরুরো [ ময়াম লাল লুম্বা ]

লাঞ্জিংবা— ওয়ুম লাল্লোই পূম্নমক লংমাই 'মতা ঙসিদি মোংবা মরান খাররোই ঙম্না য়াইবা লৌরসি চেকশিল্লু চৎলো চৎলু।

[ লালোই থর লুমহুনা লৈরি, ঙৈহাক্কী মন্নুংদা শেলোই লংমাই পূম্নমক হাওকপ চীংশাং লান্দারুবগী মাই পাক্লকপগী হরাও ফোংদোক্তুনা লাও খোঙহুনা লাকই ]

শেলোই অমনা ঙসাই কদেম শোইশেম্না অশিবা শা-শিন্নহুনা লৈহৌবা মফম অহুদা কোইথি থি। ইরাং-লাংনৈ। তাঙ্গা অসিদা মীতৈ লালোই পূম্নমক্তা হোৎ-চিল্লক্তুনা শেলোই লংমাইশিংহুগী য়াইবী লোবা হৌরকই। থরনা নাম্বোক্তুনা চেনগ্রে। অয়াম্বনা শিহুনা ফম্বাক মথক্তা ফৌবোন তাবগুম পিক থন্না লৈরি।

অমনা— মীতৈ নিংখৌ উরা কোম্বৌবনা

ময়াম— লান ঙম্লে

অমনা— মীতৈ নিংথৌ উরা কোম্বৌবনা

ময়াম— মাই পাক্লে, য়াইফরে।

মীতৈ লালোই অঙম-অথৌ পূম্নমক মরি-মরি থোকখি, লানঙমগী লালাউ লাউরহুনা ফম্বাক অহু তপ্প মমশিনখি।

Light Off.

## Act V.

পীতঙাগী মরানয়াই ম্নুমিদাং

[ ম্নুমিদাংগী চরা তম্নবা হোৎনরি। নোংমাইজিং থেলদা
লৈবা তরেৎশুবা শতাব্দীদা লৈবা য়ুমগী মওংনি।—
নাউথিংখোং পামদগী হল্লকপগী অবা পোখানরী। ]

নাউথিংখোং— শানৌ ইনেম মচাও!
অসি কোরৌ ম্নুমিত্তা খোম্লেন মঙলানচাদবু
হিক-হিক লাওনা কপ্লকপা মঙ্ গ্রেম হাগ্রেম্নবরা?

পীতঙা— য়াইবী থবাই ওইরিবা ইমান মচা নহাক্না
অসি খোম্লেন মঙলান্দা মঙাল লমদম অমদা
চৎলিবনি হায়হুনা তাওথৈ ম্নুঙাই ঈচেলদা
অহুবুনে ম্নুংশিবা··· ··· ··· [ ম্নুংঙাইতবা ]

নাউথিংখোং— অহুবু— মথাদি?

পীতঙা— মীতৈ লালোই ময়াম্না থঙলেন নঙদি ফ গ্রেদো
লিক্লাই নিংথৌ ওইনবা লৈকোই ময়াই ফম্নবা।

নাউথিংখোং— [ নোক্লহুনা ] থাঙলেন অহু মক্কদা
নমান মচা ঐহাক্না শানৌ নঙবু চিংহুনা
লৈমরেল ফমথোন হাপকনি, পুখিদবরনে?

পীতঙা— তাওথখি ঐদি ঈচেলদা অহুম লেপ্তুনা অহুম

পীতঙা— (নাউথিংখোংগী মপা নপশিন্দুনা হিক-হিক কপ্পা)
নঙবু চিংগে তৌবদা লাম্বা ফংদনা লৈহৌই
খুংলাম তোয়না কৌখিবা তাবা কৌবা মইরেত্রে।

নাউথিংখোং— খোম্লেন মঙলান চাগবু তাইবং' পাবা য়াবরা?
[ মমাই নিংথিনা নানবী, মপা তৈথোকপী ]

পীতঙা— চন্না চিন্দম্নরসি।

নাউথিংখোং— খোম্লেন তুমখুন তাল্লুসি।
[ মরেংবান কোনশিন্দুনা চংমিন্নখি, তাঞ্জা অসিদা
পীতঙাগী মপা বামৈ লাম্বাবা ১মুং শেলোই লংমাইগী
লালহৌবশিংনা পীতঙাগী য়ুম পুমকোয় কোয়শিনখি
ময়াম চংলকপগী খোঞ্জেল। ]

অয়াঙবা— নিংথৌ, শেলোই ঙম্নমক মাইথিরে অহুৈঙ
কৌবা ঈরোং লমদমদা শেলোই লানয়াম পুম্ববু
অরোন থৌরাং তৌদুনা হাংখিবগী লমন্দি… …।

২বা মী— শেলোই চম্ন পীতঙা লিক্লু কাদ হুয়িনবা
শিংগনি, মতিক থোকপা, মৈদিংঙু চাই মথক্ত।

লাম্বাবা— তুবী করি খোয়নোদ পাইম পুক্লিং লিরোই
তুবী উরাকোম্হৌবা লাইরেল মাগী মগুংলাং
মপল মাগী মরমগী মপারিদ তাইনবা
অঙম অঙম লুরেল লৌ থৌনা ফবৈ লিচংলা?

অয়াঙবা— লমন শিংলসে নিংথৌ— শেলোই লংমাই ঐখোয়গী

অয়াওবা— শেলোই মীয়াম হাংথিবা করি মরাল লৈবগী ?

লাম্থাবা— থিঙেল তাইন ঙমদ্রগা নাশিখোংদ তাইনবা
মঙাই মশল খঙদবা— মরি মতা থিদবা
অতোনবগী শাজংনি তাইবং লিচং নত্তেদো।

২বা মী— শেলোই লংমাই পূম্বগী পারি মমোম শেংনবা
অশি অনা পূম্বগী মীকপথোলনা বাংপরা ?
নমাল ইঙো নাউথিংথোং মীতৈ মচা লমকেংপৈ
মীহুংশিনা কনবরা ? শেলোই নরোই ননাওগী
অশি মীকপ থোলসিদি লৈরাং অতিঙা তারব্রা ?

লাম্থাবা— ঐদি করি য়াওররোই নথোয় থোকপা শিহ্লোরো।
ময়াম পূম্নমক লমন শিংনিংবগী
বাথলনা লাংবা হেল্লকই— পীতঙাগী
থোং থিনবা হৌরকই— মীয়াম
পূম্নমক পূম্লাং লাংনৈ।

১বা মী— লংমাই পীতঙা লৌথিবী— নরানয়াইদা মুয়িনবা
ননেম মীতৈ মচাদো ইম্মোরকউ ঙসিমক্
তাংজ লুরেল লৌহ্নবা শেলোই লালোই লংমাইশিং
ঈরোং থোংদ, ঈথোং চেনবগী লমন শিংলসি॥

২বা মী— অচেংবদি ঙাইরকপা অসি থুদোং ফংলেদো
করি ঐথোয় কাওগনি ঈগী লমন ঈনা শিং
ননেম মচা মুংশিবদো ঙসি লুথা থানসি।

মীয়াম পূন্না— অসি কোরৌ নোংসিদ লংমাই ঐখোয় য়েন্নবা
শেলোই ঐখোয় ইঙমশা কদায় পিরো তাক্লোনে
শমু মাগী মহকচাং মচেৎ মচেৎ খায়দোক্কে
মীয়াম পূন্না য়েন্নগে পেন্নি অহুম তৌরদি।

অয়াওবা— ইমোম নোংবাল্লোন পীতঙা লীক্লু লৌখিবীও
লংমাই তিংনা য়িমকাবা ইমোম কাদ হুয়িনবা
লাইরেল মৈদিংঙু, উরা কোম্থৌবা মশুংলাংবু
লম্বন শিংগে পুথোরকউ— মপারি নাউখিংখোং
[ খোং-খিনবা, লাও খোংবা অসিদা
তাবা ঙমদহুনা চেম্থোরকই। ]

পীতঙা— (মশম মনা ইফা ফানা শুকথনা থোরকই)
শেলোই লংমাই অয়াওবা ইদু ইপা ঙম্নমক
নমোম ওইবী ঐহাক্কী য়ুম্রেন শাইগং কোয়ববু
করি য়াবা অহকপা চীঙ্গোইবীগে হায়বগে?

২বা মী— তুবী কাদ হুয়িনবা ননেম মচা নাউখিংখোং
অসি কোরৌ নোংসিদ তাংজ লুরেল লৌদুনা
শেলোই লংমাই লাম্মীবু মীতৈ লাম্মী পুম্বনা
হাংখিবা মতিক থোকপা লমন শিংলগে ইমোম
[ ইমুংদা চংগে তৌই, খামই ]

পীতঙা— করি মতৌ কৌবগে, শেলোই ইবুং ঙম্নমক্
ঙৈহাক পুঙ্গোই 'মতুদি তপথবিয়ু কৈদৌবগে?

১বা মী— অসি কোরৌ নোংসিদ শেলোই লান্মী পূম্নবু
তুবী মানা লুমহুনা কোংবা ঈগোং খোংদবু
মরাল লৈত শেলোইশিং ঈগী ঈখোং চেলহনবা
মপল নৌনা শেংনহন 'পারি মমোম কায়নহন
পিতৎ-পাতৎ ওইখিবা মনেম মচা কায়নবৈ
লুপ্রা শিংদা চলহনবা, পুম্নমক্কী লমনদি
মৈদিংঙু চাই লুরেল লো, ঈগী লমন শিংলসি ॥

২বা মী— শম্মাং হাবুল ফাহনা—
তোংদম ঙকশম মতা ফকবাক থাংন নারসি
তাদোন মচু শংনসি থাংদোন মচু লাংনসি !

পীতঙা— করি মতৌ কৌবগে, শেলোই ইবুং ঙম্নমক
খিঙেল তাইন ঙমদ্রগা নাশিংখোংদ তাইনব ।

অয়াওবা— তুমিন লৈয়ু শেলোইচা করি খঙনি নঙহাক্লা
লমন শিংবৈ লমচৎনি মপল হাক্কক ঙমদ্রগা
মচা হাক্কক শিংগনি, মচা হাক্কক ঙমদ্রগা
মশু হাক্কক শিংগনি করি য়েংলি নখোয়বু
হাউনা পরৈ তুংবুংল্লু মীতৈ মরৌ লৈবনি
করিগুম্বা চেনথ্রদি অরেম্বদা তোকহৌনি ॥

পীতঙা— পন্থবিয়ু পুঙ্গোইমুক
পীগী পীথাং পীতঙানা পাম্মুববু পাউমেন্না
পূক্লিং পূম্বা পোম্থানা পীগী পীরোই পীথৈগে ।

অয়াওবা— করি য়াবা করম্বা ?
পাউমেম্নগেরা পীতঙা পাউমেনজৌ পামজন।

পীতঙা— থবাই মীরেল মুংশিবা শিঙেল করম শেংনৌগে
লৈরাং লৈহি লৈথোংথন লৈরাং করম মনশিবা ?
মুংশি শাইগং মকা থুপ য়ুম্লেপ চার তমঙৈদে
নমোম লিক্লু ইকাদ পারি অমা শাত্তরি
ইমোম তম্ফা য়াঙম্বু ফুইনত্রীবী ঐহাক্কি।

১বা মী— শাওরিঙৈদ শেলোইশা শমু শল্লাং শমফোয়না
লুরেল লুজাও লোতুনা লুগী লুখা থারসি।

২বা মী— মরাল লৈত হাংখিবা, কাওবা চুমদে ঐথোয়না ?

পীতঙা— পাইম পরৈ হনবীয়ু
শেলোট অথৌ ঈপাচা নমোম ওইবী ঐহাক্তী
হাউসি থুদোপ মল্লাইবী হাউমন লাংনা কেমবাইবী
তাউজিং চাদ য়াকুম্বী লোক্লৌ তবোক কায়গুম্বী
লংমাই চম্নু ওইবীনা, য়াবা অনি মরিদা
ঈপল কাদ থৌনিগে হোয়াবিয়ু ঈপলশিং।

১বা মী— ঙম্রোই, পীতঙা ঙম্লোই পিরি নঙনা শাইদাংফম
মীতৈ [illegible] মচাগী পুকচেল পুক্লিং তেংনা
হাংলি অমরোমদনা শেলোই লালোই ঙম্নমক
হৌনশারা লিচংশি মীওইবগী থল্লুদো।
[ পীতঙানা হায়জবা অদু য়াবীদনা
মথোয় ময়াম কাওথোক্তুনা চংকে তৌবা ]

পীতঙা— শেলোই চাদি ঈপলশিং নমোম ঐগী ৱাকৎখোল
য়াৱা অসি মক্তবু চানবীৱোইদ্রা তাকপিয়ু।
নমোম লংমাই চনুগী য়াৱা শুজা নমদরি
তিকতা লাকোই থুংদরি নমোম' থৌজানবিয়ুনে।

১বা মী— ফৱে হায়ৱো তারসি করি করম য়াৱানো?
য়ানিং য়ার য়ারগে য়ানিংদ্র' য়ারৱোই
তুবী মাগী থৱাইবু কল্লু অমুক হায়গন্নু।

পীতঙা— মৈদিংঙুচা ইথংলেন লংমাই তেংনা য়িমকাবা
পুন্সি পণ্থুং তানগে থন পাইম মুংদ খনবনা
অপাম মুংশি ৱাইথুংন মুংশি থোঙদিনমিন্নরুই
অসি কৌবা নোংজাদ শেৎনরমদাই মীৎকুপ্ত
লংমাই পানফুক নিংপাকপী ৱালোংমুংদ ফুত্তুন
তরা চকমোম হুকমিন্না চরৈ মচেৎ খায়মিন্ন
য়াৱা অনি মরিনা পুন্সি ৱাথৈনজগে
ৱাংলেন অদু ফাওবদি ৱাংলৈ অথুম থক্তুনা
ৱাংলেন মিকুপ অমত্তা ভাইবিয়ুনে ঈপলশিং।

ময়াম— [ অমগা অমগা ওনশিন্নহুনা ]
ৱাংলৈ অথুম অহাওবা থকসি থকসি হাওনিদ।

[ পুন্নাং লাংনৈ ময়াম ]

২বা মী— পুথোরক্লো থক্লসি নঙগী ৱাংলৈ অথুম্বা
থক্লং কয়া লৈবনো ঐথোয় পুম্বা চিংলসি।

অয়াঙবা— মুঙাই মরাং হৌরনি ৱাংলৈ অথুম থক্কনা
মৈদিংঙু চাই লুরেল লৌ ঈপা-ঈচা শিখিবৈ
লাম্ন থোরম পাংথোকসি অসি মীংচৎ তান্দুনা
কদাই পিরো থক্লগে ইচন 'বেম্মা পীতঙা।
[ পীতঙা য়ু লোবা চংখি ]

১বা মী— কায়নরমদাই ৱাংলেন্দ পাউমেনিংবা ৱাপা লাক
শিরমদাইগী মীংকুপ্তো মুংশিবদি থোইন হেন।
[ নোকথোকপা ]

অয়াঙবা— পিগী পিরোই পিখিন ৱাগী ৱারোই ৱাখিন
থঙলেন হায়না ৱাহৌবা মুংশি হায়না শেংনবা
তাইবং হৌন লোনচৎনি মনিং তমজহৌসন্নু।
[ য়ু পুথোক্কনা পি, হরাওনা থক্লে ]

পীতঙা— শেলোই ইবুং ইপ্বাশিং ৱাংলৈ অগুম-অহাঙবা
থক্কং সিমা থকপিরো, অমুক পুথোরকখিগে।
[ পীতঙা চংখিবা ]

২বা মী— পাল ফুৎপা কৌরবো
থুংনা য়াংনা ফুংলুকো মৈথৌ কন্না য়াংঙুকো
চরা চীন্দম্নজহৌ পুংবা কায়নত্রিইঙদ।

১বা মী— কুইরে চীন্দম্নক্কবা হাওই থুমই ৱাংলৈসি
চীংঙু চিংসি পেন্না থরু অসি কোক্‌কোক্লা।
[ তুম্বী অতুনা কল্লগা হৈরগা
পংথক্ত থক্লে, থর-থর ঙাওনরকই ]

২বা মী— পাম্বু য়ানবা হল্লকপ' মমা ওইবী মহাক্না
শেল্ড্রাং মেৎপা চামিন্ন থকমিন্নবা হাওইদঃ

১বা মী— নুপী মানা হৈরগা নুপা ঐনা থকপদো
অৱা পূম্বা কাওবনি, ঙাইবনি হাওবনি ঃ

অয়াওবা— নুঙাইরে, হন্নাওরে চোংলসি ঐথোয় ঙম্নমক
ৱাংলৈ অথুম থক্তুনা শাম পাঙ্গল হাপ্তুন
য়েক্ক তাংজ লুরেল লো' খল্লুবদা নুংঙাইদ।
[ অমনা থুবাক খুদুনা তাল থাই, ঈশৈ ঙংবা ]
পাম্বু য়াম্বা হল্লকপদা কম্বীদা শেল্ড্রাং মেৎলগা
তং তংদুনা চারগা ৱাংলৈ অথুম থকপদো
হাওবনিদ নুংশিবী মমা ওইবী নুংশিবী
থকমিন্নসি লাকওনে।

[ ময়াম পূন্নমক পুমঙাও ঙাও পূন্নাং লাংনৈ, জগোই শাই,
চোংই ঙৈহাক লৈরগা ১গী মথক্ত অমনা তুথনরকই ]

[ তাঙ্গা অসিদা ফক্লাং হোগাইদুনা
চেনখিনবা ৱাতানবা, থোৗরাং তৌবা ]

পীতঙা— মোম্ন্ লাইবক খিবদি ঙসি কৌবা নোংদগী
থঙলেন নঙবু শেৎনৌ হায়' থয়ুম মানা তমথ্রবোই
কোৱৌ থাবুম কয়া লান করি নোংদ থেংনগনি
থুং থেক্তুনা ঙাইবদা য়াচু লাংবা হানবৱা
ঙাইঙমদনা ঙাইবদা কমলাক ক্রু শুংবৱা ?

পীতঙা— মাঙ্গ নঙগী খোঁজালনি ম্নুরা লাইবক থিবিদি

[ ম্নুঙাইতনা কপ্পগী মওং ]

নাউথিংথোং— নোংবাল্লোন্দি পীতঙা ম্নুরা ইনেম মচাও
পিরেম মরাং হোৎন্নু কৈদোবগে ম্নুংশিবী
খল্লু লম্মুক্কবনি ম্নুংশি লমখাই অমদা॥

পীতঙা— পন্থবিন্নু ম্নুংশিবা ফক্লাং লোঙ্গা মতাই কাং
য়িমলেন শাইগং পোন্ন লিৎ
শেলোই চীংশাং লানখরো
ৱাঙলেন থিন্থরবদি য়াইবী তেমশিংনখিনি !

নাউথিং— পিখি চংফম অদুদৈ ম্নুংশি শাইগাং নাক্ত
লম্মাংনর চেক্লা চা তুবী চাদি ঐহাকপু
নূরা নঙবু হুন্দোক্লম করম ইখোঙ থাংখিনি
পূন্না খোঙশানমিন্নসি শিরে পূন্না শিমিন্ন
চংলে পূন্না চংমিন্ন তুবী হৈনা তুংইল্লু।

পীতঙা— হিক্তোকপদি নংচদে খপ্থবিয়ু অমুক্ত
শেলোই চীংশাং নাপোম লান থেল 'মম্থ য়োঁদ্রিদৈ
তাল্লক্তুনা ফাগ্রবা করি ওইনি ঐখোয়গী ?

নাউথিং— মাইরোং য়াগে থাবাক লোং ম্নুংশি নঙগী ম্নুংশিলাং
অয়স্বদি মচাগুম করিগীদি চেল্লুনি।

পীতঙা— (থামহুনা) করিগুম্বা ননাওনা লৈহৌ মতাং থোক্লদি
তুবী নঙনা চেনখিদৈ ওংলৈ পাংলৈ থুমহুনা
ৱাংলৈ থুম্বা হৈহুনা লমদম তাম্বা য়াখিনি।

নাউথিং— শেলোই লংমাই পূম্বনা লুরেল লুখা থাগ্র থা
ঐনা ঙম্বা মতাং থোক য়াইবী পূম্বা লৌর লৌ
লাইরেল মতিক ঙাক্লমগে চেনফদেদো মুংশিবী।

১বা মী— ( ঙাওনা-ঙাওনা ঙাংলকই )
পাল ফুংপা মুনদ্রিবরা ? ঈশিং চংবা ঙাক্করা ?
লোইরো ইমোম লোইরো— তরা চিন্দয়হোরো।

পীতঙা— মুন্দৌরে ইবুং 'থৌবা তাংখুল পাল নিংপাকপীনি (খুম্বা)
[ নাউথিংখোংদা ওনশিন্দুনা ]
অশাও পরৈ কাংবিন্নু শেলোই লংমাই পূম্বসি
লিক্লাই উরা কোংন্থৌবি পাম্বোম মখা থাবনি
তুবী নঙগী নঙালদা হিংজনিংবা ননাওনি

নাউথিং— পোইরৈ লমদম অসিদা করম নদোম লৈহৌবা ?
ইদোম করম হনসিবা তাংজ ফিরুক খুম্ননি।

পীতঙা— পোইরৈ নপল লমন্থদ হন্ন ৱাইখুংবিরুন্নু
ঈপল চৈরাক কনবগী চৈরাক চৈথেং ফংগনি
নোংয়াই খুমন নিংথৌদি অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবা
নোংয়াই কাদ য়ুমগারু' পাউমেন্নহৌজগেনে !

নাউথিং— মুংশি য়ারা ইন্দুনা য়ুমগারুনি নোংয়াই কা
অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবা নোংয়াই কাদ চাকতাংগে
ৱাংলেন মিংকুপ 'সিমনা অরোইবনি ঐথোয়গী
অদুদৈ তুবী ঐনা কংলা ফম্বাল কাদ্রিফাও।

পীতঙা— লাইরেল কোরৌ ঈনিংথৌ নশানৌ ৱাবু তাবীয়ো
হয়েং ত্তুবী নঙনা কংলা ফম্বাল তোংলমদাই
শেলোই চম্লু পীতঙা য়োইয়মাই থুয়া থাক্লুদ
চংজরকপা মতমদা লাইরেল পূক্লিং কাওবিন্নু।

[অসি হায়না ক্বুরিং কুদাম পানশিনবী, কি ইনশিনবী, শলাই কোয়য়েৎ য়েৎশিনবী মবুঙোবু পেন্ন য়েংজৈ, হিক্ল-হিক্ল কপ্পা থাংই]

নাউথিং— ত্তুবী লাইয়েল মচানি পূক্লিং করি ৱাকাউনি
ত্তুবী ঐনা লাইবক ফ কংলা ময়াই ফম্লবা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ পীতঙা ওইবীদি
নিংথৌ ওইরম ফমত্নুনা লৈমরেল ফমথোল হাপনি
লাইরেল ননেম মচানা করি ম্নুংদা কাওরোইদো
ফুৎলি থৌদ্রু ম্নুংশিনা অকাউ পইর থোক্লসি॥

[ৱারী শানা শানা ফক্লাং হোগাই পয়া থোকই]

পীতঙা— ত্তুবী ইনেম মচানা কংলা ফম্বাল কারমদাই
মোম্লু লাইবক চাওবী 'মা ত্তুবী নশুংলাং'দমক
শেলোই লংমাই চীংয়াংদ মপাং মাত ঙাইত্নুনা
পোইরৈ 'তাম্বা য়েংত্নুনা লৈহৌই হায়সিদদি
পাইম ম্নুংদ কাওবীন্নু, তোয়না হঙ্গৎচহৌগে।

নাউথিং— করি নোংদ কাওরোইদো কোরৌ নোংনা থংসন্নু
করি হায়না হায়সিবা ম্নুনা ইনেম মচাও

নাউথিং— খোঙফম অমা ফুক্কে থন চেংলৌ শক্লা মখাম্মী
করম মুরা কায়নবা পূক্লিং মানা মকপ্নী।
পীতঙা— ঙাসি কৌবা ইন্নুংশোয় মুংশি কৈদ কাওথ্রবা
পুন্সি খোঙচৎ 'সিমগী অরোইবনি থঞ্জগে।
চয়োম 'সিমা পাইবিখো পুন্সি চেংজেল ওইবীখো॥
[ মাপ ইরা চেল্লি, চয়োম পি ]
নাউথিং— করি পিরেম মরাং হো মুঙাইতবা উৎলিবা?
মীৎকুপ 'মত্তং কায়নবা থোইনা হেন্না মুংশিবা
তৎন-থান য়াত্রবা থয়ুম মুংশি লৈপূন্নি।
[ চিংশিন্দুনা কোনশিনবী ]
শেলোই লালোই পূম্বনা হরাও মথোই কারিভৈ
য়ুগী মনম কোক্তিভৈ শেলোই চীংয়াং লানথ্রগে
লৈহৌরোকো মুংশিবী থরাইদগী হেল্লবী।
[ চিংনা-য়েংন কায়নখি, ভৈহাক লৈরগা য়ু ঙাওরম্বা
পূম্নমক মরি-মরি হৌগত্তুনা লাও খোংলকই। ]
১বা মী— ইমোম চন্থ পীতঙা পাল ফুৎপা মুন্দ্রিবরা?
অয়াওবা— কুইম্মল্লেদ করিনো?— কনা লৈ— য়েংলুচো
অম্বুক কুইনা ফুৎপদি মুং ফাওবা মুল্লনি।
পুথোরকউ নাউথিংথোং— তুবী লাইরেল মচাহু
মীহাৎপুংদ পুরসি চিংথোরকউ শম্নাং ফোয়।
[ মী অমা ইমুং চংখিবা ]

ৱাৈম লাম্থাবা— (চংলকই, শাওনা) কদায় অয়াওবা ? পিয়ো
তাংজ লুরেল কদাই, লুরেল লুখা থারগে।
অয়াওবা— পুথোরক্লনি ইনিংথৌ
[ ১/২ থোরক্ই, ১না অফুৎপা নূং য়াওবা পাত্র পুথোরকই ]
লাম্থাবা— কদায় নাউথিংখোংদি মীহাৎপুংদ পুগ্ৰবরা ?
পিয়ো নিংথৌ ঐঙোন্দা 'ককপা লালু চোনমাইদো
লৈবাক মীয়াম হাৎথিবৈ লমন অত্থ কোক্লবা॥
২বা মী— (শাওনা) তুবী নমাক ইবুংঙো চেনগ্রমাল্লে ইনিংথৌ
নাউথিংখোংদি লৈরমদ্রে ফক্লাং লোঞ্জা হোগাইনা
লম্লেন কৈদ চেনবনো শেলোই হুপ্পা থিসিনা।
১বা মী— য়ুপিং মচিন চীংখোঙ ৱাংলৈ অথুম থকখোও।
২বা মী— ( নূংনা শাবা পাল হৈদোরকই )
পাল কুইনা ফুৎলবদি থৌত্থ নূংবু ওল্লিনা।
লাম্থাবা— ইয়া লাকচৈদা—
শঙঙ্ হায়না থম্লগা থাদোকহনখিবসিংদি
নখোয় খ্বাই পূম্বগী লালু চোনমাই লৌরগে
[ শাওনা, থাং শত্তুনা পূম্নমক তান্নব হৌই কোইচেন চৈম্নে ]
ময়াম— ইরাল লৈতে ঐখোয়গী নমোম লিক্লু লৌথিবী
মাগী খুজিন থৌরাংনি— য়াইবী লৌবা তারস্থ
মাগী য়াইবী লৌবীয়ু মানা শিন্বা ঙাক্তনি।
লাম্থাবা— কৌথোরকউ পীতঙা লমকেৎপিদ্ধ খঙগনি
( পীতঙা থোরকই )

অয়াওবা— নোংবাল চনু পীতঙা য়াবা ফিগৈ শেংউনে
তুবী লাইরেল ননেমচা লংমাই তেংনা য়িমকাবা
শেলোই পূম্বি য়েক্লবা মফম কৈদ লৈবনো
চরৈ থুপচানগনো য়াবা ফিগৈ শেংউনে !
তম্বা কনা কনা লৈ চীংয়াং লান্না চেনগ্রবা
তুবী লাইরেল মচাদি ফংননবা থিরুসি।
[ মনাইশিং থোকখি ]

পীতঙা— ঈপল শেলোই পূম্নমক কার য়াবা পাউথুম্নি
চীংশাং খোকলোয় হৌত্নুনা থাঙলেন খেরাং মখোল থোক
তিমেন ঙানোয় চোংন লাও লাইরেল মানা তাখিঙৈ
শেলোই পঞ্জোংনথিবা নমোম খঙজহৌদরে
পাঙ্গল শোনবী ওইবনা ফাজবসু ঙমজদে।

অয়াওবা— চান্নরিঙৈ মতম্না শঙ্গোল শনগুম মতেবা
খায়নরমদাই মতম্না থরান হুইগুম মঙাওবা
( নোকথোকপা )

লাম্থাবা— অচচাঃ লাকচৈ নাওথিংখোং অপংববু শিরম্লে।
শারেল পাম্বা খায়াত্তে য়ারৌ শজি চেনখরে
পাম্বা খুল্লাক তমগে নিং শমু খুজিন তুমজংলে।

অয়াওবা— খঙলে খঙলে লোয়নমক পাম্মু থরাই কল্লবা
ইমোম নঙগী থৌরাংসে শেলোই পূম্বা রারৌই

লাম্থাবা— শেলোই মীয়াম পূম্বনা তক্শি শোম্না খাংবগুম
তাইবং হয়েং করি নোং ইমোম চনু নহাক্না

লান্থাবা— শানৌ ননেম হোংনেমগা রাইখুংনগে খনবদা
ইমোম লৌনম তৌবগী মতিক থোকপা ফংসনু
শেলোই ঐখোয় লান্দ্রবা নুংশি রাইখুংগনো !

পীতঙা— অন্থুক হকপা য়াৱাবু নমোম কাদ তাকপিবা
নমোম পুন্সি খোঙচংসি লম্মুক্রবা তারনি ॥

লান্থাবা— পংইদকো ইমোম !
ইমোম নরা ওইরিবগে নবুং-নৌপা পুম্বগী
শেলোই পাঙ্গল পুম্বদা পলেম নমা লৈতবৈ
চাওননবা য়োক্লগা— নুংশিবনা হেনগ্রবা ?
অপাম্বনা কনবনা শেলোইশিংদ তাংতৌবা
থৌদ্র নুংবু ফুংলগা পালবু ফুংলি মহায়বা
শেলোই থৱাই লিশিংদৈ নুংশি থৱাই অমনা
মমল হেল্লি নিংবগী মতিক থোকপা লমনদি
থয়ুম মানা পিসনু কোৱৌ মানা থংসনু
[ ময়াম পুন্নমক শাওরংননা থিবা চেন্নখি ]

পীতঙা— থোয়না হেন্না চেংনবা পয়া পরৈ লাক্লগা
পরৈ লাকপা হেনবনা কিসি তংপা তারগ্রা ?
থয়ুম ওইবা মহাক্না করি হায়না তমগবা ?

INTERVAL.

## Act VI.

ন্যুমিদাংবাই
খুমন নিংথৌ পুন্সি
য়াইমবগী মরানয়াই

[ খুমন নিংথৌগী মফমদা শাইদাংহনা লৈরবা মতুংগী রানি। চৎলমদাই মতমদা খুদোলপোৎ তম্লকপা ফি অমস্তুং হাওরিক অত্তুদ মুম্না য়েংহনা লৈরি ]

নাউথিং— [মুডাইতনা] ন্যুংশি রাহৌ ওইরকপা হাওফিসিবু উরুঙৈ
শরি রাশক ওইনবা হাওরিক সিবু য়েংলুঙৈ
খুনিং মোইদোন কাংহনা পোইরৈ তাম্না য়েংহৌবী
মিৎলু ইরা চেহ্লোবী মপাং কায়নহৌরবী
লংমাই চনু পীতঙা লাইজ কংল তুরেলগুম
ন্যুংশি ঈচেল লেপ্লম্লনি— ঙাইরমগনি 'মংবা নোং
লৈম ফমথোন পুদুনা— লাক্কদবা ঐহাকপু।
( নিংশিংলকপা = Flash back )

পীতঙা— লৈরাং লৈরিক লৈনস্যু কৈনা মহুৎ শিনগনি

নাউথিং— কৈনা মহুৎ শিনগনি লৈনমগীদি লৈনম্লা—

পীতঙা— লৈরাং লৈনম কোকপ্রবা, উনখাক নংল' থম্বালগী
কেল্ল লৈনা য়েংহুনা, লৈরাং লৈকা খুদিংদ

পীতঙা— কাওদ' লৈনম চেল্লম্বোই নিংশিংবীবা য়ানবা
শরি পন্দোল লোম্নবৈ চম্ন হাওরিক সিমনা
মাঙ্গ ঙক্ত থোনবীয়ু। য়োম্নু লাইবক থীবীগী
চেংলৌ শক্ত তামথ্রস্থু নিংশিংনবা থম্মোইদা।

নাউথিং— নুংশি ওইবা মকাদৈ চেংলৌ শক্তা তাম্লগা
থম্মোই নুংগী কিশিদি থোইন হেন্ন লাকশিল্লি

পীতঙা— মাঙ্গ নঙবু খোয়দাবৈ শকথংনবা ণুবিবৈ
মাঙ্গ নুংশি ৱারীনা লংলা লংজা কয়া ওই
পাম্মু ৱাথল থল্লগা তেমথেং পিনা শাখিবা
চীংগী হাওফি 'সিমনা নুংশিমলগী খুদোলপোৎ
খোঙা সিমা তমজরি— নুংশি ৱাহৌ খুদোলপোৎ

নাউথিং— পূম্নমক্কী লমনবু কোকপা ঙম্নি কৈদৌবৈ

পীতঙা— শাইদাংজবা মচৎনা লেংদ মউ তমজবা
নূৱা ওইবীশিংগীনা পাথং মাবু লাৎচবা
ইনাক্কখু লৈবীয়ু পাইম পূক্লিং পেম্নবা॥

মথা চথরকপা

নাউথিং— মরৌ লৈবা মীনোক্ত ওইনজবা কয়াম
ওইনজবা ৱাঙাংদ তাৎতৌবনা কোঙ্গাই'
তাৎতৌবৈ তাল্লক্কা থম্মোই নিঙাই হৌরকপা
নিঙাই তৌর-তৌরগা কাওঙমদবা হেল্লকই
কাওঙমদবা কয়াদৈ নুংশি মরা তাখিদো।

নাউথিং— পূম্নমক্তু নিংশিংলু— মিৎলু ঈরা পারকই
তলা অমৈ চেক্লাগুম লৈখোক অমৈ লৈরাংগুম
পূংবা য়াইরেকমিন্নবা লৈরাং নাইতোম তাহৌরো।
নূরা ওইবী চেংলৌগা নুংশি শক্না তান্নবা
কুমজা কুমওন য়ান্নক্লে নুংশি কম্ লৈরমগবা ?
[ খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী চংশিল্লক্লুনা তাই ]

খয়োয়রোল— মোম্নু নুজাই ললওইবা শাবী ইনেম মচানা
পাইম পূক্লিং পুঙমদ থম্মোই নুংওলবিববু
নুংশি কনাই বাখলদা থম্মোই নিঙাই হৌবনো ?

নাউথিং— নূরাই য়াবা তাবদা মিৎলু লাইজ ইথংলি
পীতঙাবু নিংশিংলু থম্মোই নৌনা মপেংলি
নুংদ মওল মওল খল তান্ন তান্ন তোইরকই
শাবী হায়না বাহৌবা নূরা করি য়াবানো ?

খয়োয়— ইচেম মাগী মপান্না মাঞ্জ নঙগ বাইথুংন
কুমজা কুমওল খরদং থঙলেন কাদ য়েৎচবা
পামেল ওইবা মকাদা নকপা উরি কয়ানা
মদোম য়েৎচরকপবু মরাল ওইফম থোকপরা ?
পাইম পূক্লিং খঙদবা খুরৌ থাংবা থোকপরা ?

নাউথিং— লম্মেল লমখাই অমদৈ খোঙবু ওইমিন্নররে
কয়াম বাংলি ঐখোয়গী পম্বুং অদু য়োদোবা ?

খয়োয়— মপোক লাংওল কয়াগী লমন তোনবী ওইবীনা

খয়োয়— হন্দক মপোক লাংওন্দ লমন শিংবা শকচগে
হয়েং কংলৈ শুমতোংপান ফলাং মৈদ তোংবনোং
শেলোই লংমাই পীতঙা ইচেম লাইবক চাওবীনা
তুবী ওইরম ফংহুনা মীতৈ লৈম ওইসনু।
অদুবু··· ··· ··· ··· ?
নাউথিং— মথা তাওনে মুংশিবী—
খয়োয়— থমুং শারা তান্দ্রিফাও থবাই ওইনা থমজবা
লংমাই 'চেমগী খুদোলপোৎ থারোই হায়না থনবরা?
থমগে ননাও ওইবীনা চরৈ তাবু মনুংদ
মুংশিবগী খোঙাদা চেৎন-চান্না মাংহন্দ।
নাউথিং— চীংগী হাওরিক 'সিমনা মুংশি শৈহৌ খোঙাদি
পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিফাও থাদোকপদি লৈররোই
লংমাই পীতঙানবু মুংশি থবাই কনৈঙদ
অরোইব' খোঙা তম্নকপা পুন্সি লৈপুন হাওফিনি।
খয়োয়— মুজা ঐগী খোঙাদি— লংনবিদ্রা .থঙজদে
নাউথিং— করিগীদি লংননি— খুমন চমু মুংশিবী
খয়োয়— লোইদাম কুমশিং কয়া চং মুংশি তেমথেং পিহুন
লংজা খুদিংমক্তবু মুংশি বারী লিহুনা
তেমগী তেমথেং খুদিংগী মুংশি থবাই হাপ্পুনা
শাজখিবা খুদোল ফি খুদোল'সিম তমজগে
ইচেম পীতঙা ওইবীগী অরোই খোঙা মহুৎশিন
খুমন চমু ঐগীনা মুংশি শৈহৌ ওইবীয়ু॥

নাউথিং— মুজা ওইবী নকাদ চংজফম্বু পিত্নুা
পুন্সি লমশাং অসিদা অৱা শক্লক য়ারিবী
মুংশিবগী লমন্দি করিনবু শিংগনি ?
তাওথরকপা ঈচেলদা মুংশি কৌশিং ওইরিবী
কায়নবগী তোৱৈদ উঙাম মশক ওইরিবী
নুৰা নঙবু ফংজবা খয়ুম মাগী থোজালনি।

খয়োয়— চীরু ইদোম ফম্বদি মুংশি ৱাখল তোইবনি
পুন্সি থোনা হেল্লগা মুংশি মাবু কাওথিনি॥
হয়েং কৌবা নোঙ্গাশোই থঙলেন নঙগা লেন্নজ
চীংঙু ৱাখোং শেংবগী অহোং কুম্মৈ য়েংলুসি।

নাউথিং— শানৌ নঙগী নফমদা করি হায়না হায়সিবা?
(মুংঙাইতবা)

খয়োয়— (ওইননা) খঞ্জমলন হেম্বনি, নিংবিবনা ৱাংপনি
হৌগ্র ৱাগীদমক্ত থম্মোই মল্লু কৈদৌনি?
মুংশিবীদ্রে ইরাইবক খয়ুম মানা তম্বনি।

নাউথিং— তুবী ইশুংলাংগীদমক্ত শেলোই চন্থু পীতঙা
নোক্ন মীচৈ অহকপা পুঙমদনা য়ালম্নি।
নোক্ন মীনোক খাংত্নুা থম্মোই পোন্থা ওইহৌবী
পীতঙাবু উবদা খাশিংনরমগনিদো
মাগী মমিং পন্দুনা খোঙনেংনরমগনিদো
শেলোই ঙম্না হুপ্তুনা ইন্থোকপিরমগনিদো

নাউথিং — নূরা মাগী থব্বদা হেদো তেরাও য়াওনিংদে।

খয়োয় — মুংশি ঈথৌ লাংবগী ঈরিক অমা পিতুনা
মৈশা কোকপা ঙমদ্রবা— করি কাম্নৈ ঐহাক্তী
লৈনম কম্বা উরিগী থুংফম নাইনা য়েংপনা।
নৌনা য়েংপা উরিনা মমি মুংপা ঙমদ্রবা
নিংজবনা ব্রাংলবা মুজা থম্মোই ওইরেদো॥

নাউথিং— করিগীদি ব্রাংলুনি ?

খয়োয়— কোরৌ মাবু ঙাইজবা লৈরাং থম্বাল ওইবীনা
মুংশি নঙগী য়াবাবু ঙাইজৈ মুজা থম্মোইদা।

নাউথিং— তকশিনবনা মহেল্লি খাঙম্বনা মরাংলি
মুংশি নঙগী লিচিংনা থম্মোই অসি ফাথরে
হয়েং কৌবা নোংদবু ব্রাহোং কুমৈ চংসিঙাই॥

**Light Off.**

## Act VII.

নুংথিল　　　　　　　　　　　লমহাং খুয়োন ৱাহোংবম

[খুয়োন ৱাখোং শেংবগী কুমৈ তৌনবা হোৎনরি। ৱাখোং শেংদোকপ্রবা ৱা ময়াম অতুনা পরেং কোল্লুপ কোল্লুপ লৈ। মোইরাং নিংথৌ সনা লাকখ্বা, মাগী তালোয়, অমসুং মচাশিং, খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবসু সনালাকখ্বা ফম্মীম্নতুনা লৈরি অতুগী মাংওইননা নাউ-থিংখোং অমসুং কৈরুংহাংবী নাকল অমদা ফম্নি।].

সনালাকখ্বা— অদোন পুন্সি য়ুমোইবা নোংয়াই হৈনা তুংইন্না
অদোন নাম্মৈ ৱাইরকপা অদোন নয়েল কনানো?
নোংয়াই পাচা ওইবরা হায়য়ু তাসি কনানো?

পুন্সি য়ুম্মোইবা— ঙাঙোই সনা লাকখ্বাও নোংয়াই ইতুং ইন্দুনা
অদোন ইমৈ ৱাইবদি অতৈ কনা নত্তেদো
কংলৈ মপু মৈদিংঙু তুবী উরা কোম্ভৌবৈ
শেলোই লংমাই য়ুমকাবা পারি হোংনেম খুঞ্জাওনি।

সনা— করি ৱাবু লৈবনা খুমন কাদ মুয়িনবা
নোংয়াই কাদ চাক্তাংবা তালোই খম্বল লৈবরা?

পুন্সি— কেগে নিংথৌ লৈমাবা ইনোংয়াই হোংনেম ’সিদি
লংমাই তেংনা য়ুমকানা শেলোই লমদা মুয়িল্লি।

সনা— শেলোই লমদা মুয়িনবা—
অদোন নামৈ ৱাইবদি করি মরম লৈবনো?

পুন্সি— ভুবী লাইরেল ইনিংথৌ মীতৈ উরা কোম্থৌবা
নাদ ঈখোং লাল্লুম্না হাওকপ চীংশাং লান্দারু
হন্থরকপা মতমদা শেলোই লংমাই পাকতক্লা
মাংহল্লুবৈ লমনদি মচা ইঙো হোংনেমদা
শেলোই পূম্বা হৌত্নুনা য়িমলেন শাইগং কোয়বদা
থৌদু মুংনা পালবু শা পীতঙানা থরাই কন
হোংনেম থরাই পুত্নুনা নোংয়ায় কাদ থুংলৈদো।
খুমন কাদ লৈরিগৈ কেগে নঙগী নরমদা
খুমন রাহোং কুমৈগী নোংয়াই ইতুং ইনবনি।
নন— তরা লুকোই মথেলদি শারেল ঙারেল মহাও য়েং
নৌনা শকখংনবগী লুকলেন পামনা চারুসি॥

[ খুমন নিংথৌ, মোইরাংনিংথৌ, নাউথিংথোং মরি-মরি
চংনখি। তাঞ্জা অসিদা মনাই ১/২ থোরক্নুনা মুক্না
শান্নবা, হন্নাওবা জগোই শাবনচিংবা কয়া তৌই—
অঙম্বদা মনা কি পিবনচিংবা কয়া পাংশোকই নিংথৌনা ]

না— কৈরুংহাংবী ইমোমদি ভুবী লাইরেল মৈদিংঙু (দা)
হোংনেম চাদি খুঞ্জাও কা কাউজহল্লবনিনা
তালোই তুইন তমত্নুনা লনকুবিরে ইনোংয়াই
ন্সি— খুমন ই তম্ফাদি থয়োয়রোল কৈরুংহাংবীবু
ঙাঙোই নিংথৌ লৈমাবা, তালোয় ওইনা থাবিরে।
না— খুমন অ ান পুন্সিবা

সনা— ইমোম ঐগী ইবাংলোন লৈম নামন চাওবীসে
কাওজহনগে হায়ববু খুমন করি থনবগে ?

পুন্সি— ঙাঙোই নিংথৌ লৈমাবা মানা করি থাল্লবা
মাগী তালোই মরুম্বী ওইয়ু হায়না য়াজ্রগা ?

সনা— তুবী লাইরেল মৈদিংঙু পুকচেল চাউবা নিংথৌগী
পারি হোংনেম খুঞ্জাওনা করিগীদি য়াদবা ?

পুন্সি— ইমোম নামন চাওবীগী মপুক্লিংদি থঙজ্রিদো ?

সনা— খুমন কাদ শাংচবী অদোন লেম্বা চমুগা
খোয়মা অনি শুদনা লাংচেং অনি থোক্লদা
পলেম পিবুক অমগী মমোম অমৈ মতৌগুম
খোম্লাং অমৈ পিশিনগুম ঙারোইহনসি নিংথৌনা

[ হরাও-কুমৈ লোইখিবগী নেমথখি, সনালাকখ্বা অমস্তুং খুমন নিংথৌ নাউথিংখোংগী নাক্তা চংশিল্লকই ]

তুবী লাইরেল মৈদিংঙু উরা কোন্থৌ' মপারি
পারি নঙগী নফমদা কেগে মোইরাং নিংথৌগী
ইমোম ইবাংলোনদি লৈম নামন চাওবীসে
মরুম তালোয় ওইনবা তালোয় তুইন তমলনি ।

পুন্সি— থয়ুম মানা শেম্লকপা লৈপূন পৈর ঙাক্তনি
ইমোম ওইবী নহাক্তু পুক্লৌ থারোফদেদো
উনবী অনি লিপ্পিন্না পাইম অনি লোন্দিন্ন
হরাও তয়াম পানমিন্নৌ পলেম অমৈ মমোমগুম

পুন্সি— চৎলো থৌরাং লোইরুরো কেগে মোইরাং পূন্নমক
লুহোং খোংদোং থৌরাং তৌ কাওজহনসি লৈমস্থ
ইমাক হোংনেম খুঙ্গাওস্থ কেগে মোইরাং নিংথৌগী
হায়দোকপ্রবা য়াবাবু হজিনফদে করি নোং।
[ ময়াম পূন্নমক হরাওনা পুন্নাং লাংনৈ ]

নাউথিং— ( কৈরুংহাংবীদা য়েংলগা )
খুমন চন্থু পুকষবী লৈম কৈরুংহাংবীও
ঈপল মাগী য়াবানে মোইরাং নিংথৌ য়াবানে
ঈচেল অনি ফাংলকপা করি খল্লি পাইমন্নুং ?
নোংথাং কুপ্পৌ পাউথুমদি খোংলক্লগা মখণ্ডি
খোঙলকপগী পাউখুম্না তারক্লগা মখণ্ডি।

খয়োয়— তলা পামেল অমদা উারৈ উখল কয়া
মখল-মখেল য়েংচবা পামেল করি কায়রোইনা
মিৎকম হোংব য়াদনা থোইনা হেন্নত্রুম ফজনি।

নাউথিং— লৈম নঙগী থম্মোইনা পাইম পিবুক কায়রবা
ঐনা থিংবা ঙমগনি মুংশি নঙগীদমক্ত।

খয়োয়— মপল মথৌ ওইবগী বারক-বাতেম ইন্দুনা
মুংশি কাদ কাওজনবা তুবী তালোয় তুইন তম
ঙসি ফাওবা লৈজরি মুংশি নতুং ইন্দুনা
পন্থৌ য়াকা য়েংহুনা মুংশি য়াবা ইন্দুনা
লৈম নামন চাওবীবু মরুপ তালোই ওইহুনা

খয়োয়— মুংশি কাদ কাওজনবা ইনাও 'মগুম লোয়ননি
পলেম পিবুক অমত্তে মচা 'মগুম লৈজগে।

সনা— করি খল্লি মৈদিংঙু তুবী চাদি নাউথিংখোং
ইমোম ঐগী ইরাংলোন লৈম নামন চাওবীবু
তুবী কাদ কাওজন্‌বা ননিং থুংলরোইদ্রনে?
হায়দোকখরে ঐহাক্তী লৈবাক মীয়াম মমাংদ
লাইরেল রাস্থ হংহৌদে পিনিংবনা হানখরে
কেগে মোইরাম্বা চন্থ লাইরেল ননোংয়ায় কাদ
কাওজল্লনি ঙসিদি— চাম চাম থুজিং ওই
অওং-অউল তমদুনা তুবী মফমলাংদবু।

পুন্সি— ঙসি রাহোং কুমৈসে লুহোং কুমৈ তারেদে৷
লাইরেল তালোয় অনিসে ঙসি কৌবা ইমুংশোয়
থুমন পুংদা য়াঙ্গোইনি নাউথিংখোংগী মনাক্ত॥

[ময়াম বা-বা নোক্তনা হরাওনৈ]

নাউথিং— লাইবক থিবা মপোক্কি লাইবক থিদ ঐহাকসে
রাহোং কুমৈ লাকপদি লুহোং কুমৈ ওইরম্লে।
লাংমৈ মৈরম থিরুবা নামৈ রাইর হল্লক্লে
মৈমুংলুগে খল্লুবা মৈশা মৈচাক লাংলেদো
থুমন লৈম পুকফবী করি খল্লি থম্মোইমুং?

খয়োয়— হঙ্গৎচখরে ঐহাক্তী হন্ন-হন্না কয়ারক
সনাই তম্ফা মথক্ত কোঙ্গোল থিনবৈ মতৌগুম

খয়োয়— পামেল উকা তমজবী উরি লৈখল কয়ানা
মখল-মখেল য়েৎচবা পামেল ময়াই হেনবনি ॥
পুন্সি— ইমোম মাগী থম্মোইদি মপল পূক্নিং খংবীনি।
নাউথিং— থবাই পানবা কয়াগী মুংশিবগী লমথৈদি
উরিরৈগী মচৎকা চাংদন্নবা য়াবরা ?
ঈরোং পুনবা ঈচেলগী ঈতিন্নফম লৌনমবান
ঈনোং অহু পুঙমদ নোংম নিংখাইরক্কনি।
হুইগং অম্ফাও পুঙমদ হুইগং অহুম থাংবদি
চাওজরম্বা শনবোইদা নারেং কিশি হুৎলগা
পোংপু নমদা থোংতুনা শাজৈ চৈথা পিবদি
মো খোংবা মহৌশানি— করি হৌন লিচংনো ?
খয়োয়— মপল মথৌ ওইবগী রারক রাতেম ইন্দুনা
নঙাল লৈবা নচাক্কী নশেক নপাল তাংজৈদো।
উরুম পিবা নচাক্কী উখা মখোঙ চংজৈদো ॥
নাউথিং— থয়ুম মানা শেম্নকপা লৈপুন পরৈ ঙাক্তনি
কেগে মোইরাং নিংথৌগী লৈম নামন চাওবীগা
উনবী অনি লিতিন্না পাইম অনি লোন্দিন্ন
হরাও-তয়াম পানমিন্ন পলেম অমৈ মমোমগুম
খোম্নাং অমৈ পিশিনগুম চোরোইনৌকো পুকফবী।
সনা— হৌন-লোনচৎ খঙবদি তুবী লাইরেল্ মচংনি
পূক্নিং পুম্বা পেন্নরে—মুঙাইবদি অসিঙাই ॥
[ ময়াম রা-রা নোকথোকই ]

Light Off.

## Act VIII.

কংলা　　　　　　　　　　　　　　　অয়ুক চাকচামাং

[ কংলৈ নিংথৌ উরা কোম্থোবনা হেক লৈখিদবদগী কংলা মমুং অসি মীকপ মীরাওখোলনা পুমনিল নিল্লি। খয়োয়রোল নোংশেংগু ফম্ফমলাংদ মুঙাইতনা শুকথত্থুন লৈরি। পুপ্রম, নোংথোলনচিংবা কয়াম্মু করি হায়-রক্কদগে হায়বগী মওংদা লৈনরি। মনাই মশল ১/১গা ইকোয় কোয়না থৌগল তৌদুনা লৈরি। শিল হেক হায়দোকখিবদা নিংথৌ লৈখিদবদগী কংলা পুংজাও থিম্বগী মখোল অমনা ফম্বাক অসি পুম্মিল নিল্লি। নিংথৌ লৈখিদবদগী কপ্ল লাওনবগী মখোল— পুংখোল দোং— দোং দোং　দোং দোং　দোং ]

নোংখোল— 　কেগে লৈমরেল লুচিংবী য়োইময়াই তাওদনবা
　　　　　কোরৌ মানা তাপ্রগা ইমুং মানা শিনখিবা
　　　　　মতম মাগী য়াওলবু তাইবং কনা থিংঙম্বা
　　　　　পোইরৈ থুংনা খংনবা নিংথৌ পুন্সি রাথৈ রা
　　　　　কংলা পুংজাও থিন্দুনা লৈবাক শিনবা থুংখরে।

নোংজেংগু— 　অবাবা হায় সিদবু অমংবা নোং মপৈনি
　　　　　নোংলৈ মুংশিং য়াওরকপা মতোমত লাক্কবা—
　　　　　পারি চীঙ্খোং য়াইমবা তুবী চাদি হোংনেম্মু

নোংজেংশু— কুমৈ কয়া কায়নবৈ খাম্বী মৈনা চুরিডৈ
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ থরাই অমা শেৎনডৈ
ইকং খুবাম হুড়ুনা থাম্বী মৈজাও চাকপগুম
থম্মোই অসে পুমচাক চাক থাম্বী মৈশা লাংলেদো
পারি হোংনেম খুঞ্জাওনা লম্লেন কৈদ লৈবরা?
ইদাই কনা থাখিবা করি পাও পুররকবা?

পুখ্রম— লৃবাং গুরু পুন্সিবা গুরু মাগী মনাক্ত
পুক্লিং লিচৎ অরুবা খুনাই শাজৎ অহেনবা
তাইবং লাইরোল নিংথিংা পাউতাক কয়া হ ড়ুনা
নিংথৌ থোগাই পুবদা মতিক থোকপা ঙম্নবা
মৈদিংঙুচা হোংনেম্না শেলোই পল্লিংখিড়ুনা
খুমন পুন্সি য়ুম্মোইবদৈ গুরু নাক্ত লৈগ্রে।

নোংজেংশু— তুবী লাইরেল ইনিংথৌ শমু হকচাং অঙ্গদ
লাইরেল মশা রাইড়ুনা মালেম লৈরোল চন্দ্রিডৈ
কংলা কম্বাল অহাংবা কনা নহুৎ শিনগনি?

মনাই— কংলৈ লৈম লুচিংবী পোইরৈ লমগী খুঞ্জাশিং
তুবী লাইরেল নোঙ্গাডৈ পিরেম তরং হোড়ুনা
নোঙ্গা থোরম পাংনবা পোইরৈ মীয়াম থেনথরে
পোইরৈ তুবী ঈনিংথৌ পুনেমদগী ঙাইনরি।

নোংথোল— ইদাই নঙদি অচানবা—
তুবী লাইরেল হোংনেমগী করি পাউবু লাক্লবা?

মনাই— তাবিয়ুদো অঙম্বা
পাউথাং পুবা ননাইদি পাউগী খোঙ্গুল ফংদরি
মপং মথং থরম্নু মতুং মতুং ইম্নগ্রি।
[ থুরুম্নগা থোকখিবা ]
পুগ্রম— হোংনেম মাবু কৈগুম্বা থিবা ফংদ পোক্লদি
কংলৈ নৈম হেনবীগী পারি শাংপা শিংদগী
মতিক চাবা পারি থন কংলৈ কংলা ফম্বালগী
থম্মোই মিংত ফম্নবা চংলম লুপতিন অরুবা
থৌগাই অসি মেম্নবা থৌরাং শিনফরোইদরা ?
নৈমরেম্বী লুচিংবী নয়াথংবু তাকপিয়ু।
নোংথোল— অনি মরি থাক্লা থন নৈম বাখল তৌবীয়ু
তুবী হকচাং তুমদ্রিঙৈ কংলা ফম্বাল মেম্নবা
পারম পুরম তুংইম্না চংলম লুপতিন কায়ফদ
হাংদফদ মেম্নবা থৌরম করম শিনসিবা ?
নোংজেংগু— কংলৈ ফম্বাল অসিগী ফম্বাল তোংঙু হায়বদি
তুবী লাইরেল মৈদিংঙু পারি হোংনেম নত্তনা
থয়ুম মাগী নোংদমথোল কনা তমদবনরা ?
( মুঙাইতনা লুকথখিবা )
পুগ্রম— বাগী বাখা তাবিয়ু বারম পুম্বা তাজগে।
নোংজেংগু— তুবী লাইরেল নৈতঙৈ ফম্বাল অসি হাংফদে
খঙন খঙন কনাদা ফম্বাল অসি ফংনবা

নোংজেংশু— মতিক চাবা মপারি হোংনেম নত্ত ওইদেদো।
নোংথোল— চিংন পরৈ থাংবিন্থু বারোল পূম্বা শেংবীয়ু
পূক্লিং লৌশিং ওইজগে ননাই ঈপু ঐখোয়দা।
নোংজেংশু— লাইরেল পারি খোম্মহন সনা মচি য়োইনাউহন
চেংলৌ মঙম শোয়বনা কয়ম ফম্বাল লাংগনি?
ঈপারিদি য়োইচরোন শমু পাংশোইনীক্ইদা
পারি সনা খোমদোন পাইম মধুক কংইদা
পারি খোমদোন নরানা থম্মোই মিৎত ফম্ফদে।
মপল চৈরাক চৈথেংগী শেঙ্গোই লংমাই মুয়িনবা
পারি হোংনেম মাত্তদ ফম্বাল অসি তারেদো।
পুথ্রম— ঙাইসি তুবী লাইরেলচা
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ তাইবং শিংশংথিবৈ
শিংথেক শিংথা লোইবগী লান্না মথৌ পাংত্রিবৈ
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ শমু লৈতানত্রিবৈ
পুনেমজহোনবদি, পারি হোংনেম নহাক্স।
মনাই ৩— (চংশিল্লক্কুনা খুরুম্মী, য়াম্না লাপ্পা মফমদগী
পাউ লাকপগী মওংনি)
লৈমরেলবী লুচিংবী নদাই ঐনা পুনেমজৈ
কৈগুম্বা য়াবা 'মত্তং হঙ্গৎচগে তাবিয়ু।
নোংজেংশু— হায়য়ু ইদাই অচানবা পারি হোংনেম মপাওরা?
মনাই ২— লৈমরেম্বী তাবীয়ু—

মনাই ২— তুবী লাইরেল মৈদিংঙু শেলোই লংমাই স্থুয়িনবা
মপারি হোংনেম য়োইথুঙ্গাও মৈদিংঙু নাউথিংখোং
লুরাং গুরু পুন্সিবা লুরাং মাগী লমদগী
লৈবাক থোগাই পুনবা কংলৈ খোঙগুম্নকহৌবে
তম্না থুনা লাকপনা ঙম্না য়াংনা য়োৎক্রি।

নোংজেংগু— কয়াম থুনা লাক্কনি পাউ পুম্বা তম্নবা ?

মনাই ২— তুবী লাইরেল ইনিংথৌ
তাইবং শিম্থা লাইহুনা থম্মং শবা তানখিবৈ
অৱা পাউবু তাবদা মপারিদি নাউথিংখোং
থিঙ্গমহৌদ মৈচাক্লা পিগী চত্থুম চত্থুম শিন
মমিৎ-মমাই ইপোম পোম অৱা পোৎলুম্নহৌই।

নোংজেংগু— (কপ্পুনা) পারি মানা লাক্লদি কংলা ফম্বাল হা লয়োই
হল্লক্লনি নিংজবা পাইম ৱাখল চুমসম্ন।
পারি মাগী মনম্বু শমু নাঙ্গল অসিদা
ঙসি ফাওবা কোক্তুরি লাইবক থিবী লৈমনি।

মীনাই ২— (খুরুম্মী) মীতৈ লৈম লৈমরেল
মপারিদি নাউথিংখোং— কংলাদবু চঙলক্লে।

[ খোকখিবা, তাঞ্জা অসিদা নাউথিংখোং য়াম্না স্থুঙাইজনা
মরূ লুক্লা চংলকই, মমানা মচাবু মুম্না য়েংজৈ মমিৎ
ইরা চেনমিম্নৈ ]

নাউথিং— পলেম ( খুরুম্মী )

নাউথিং— ইপল তুবী লাইরেলদি ঐবু হন্দোক চৎপ্রবোই
মতিক থোনা লৈবরা নবা শক্রোন হন্দোক্রম?
ইনথৎলকপা শাসিগী লাম্বা থিংবা ঙমদ্রবা
মপুং ফাবা লৌশিংগী লানমৈ মৈগুম লংলবা,
উৎকে থম্না থল্লিভৈ থম্মুং শবা তানপ্রবোই।

[মমানা মচাগী মথজাই নানবী, মপি তৈথোকপি খোঙ-দগী তোন ফাওবা মুম্না য়েংলৈ, হরাওবগী মোমোন মীনোক্কী লোইশিল্লকপগী অবা তেংথাখোল]

নোংজেংগু— লাও পারি হোংনেময়াই, ঙসি কৌবা ইম্নুংশোয়
নপল তুবী লাইরেলদি মথৌ মঙম লোইহুনা
থম্মুং মোইথেম তৌবনা খোঙাক হেন্দ পুনবা
তাইবং শিংশৎথিবনা মকোই মুংওল পাংথরে
ঙসি কৌবা নোংদগী নপল লাইরেল মহুৎশিন
লৈবাক থোগাই পুনবা কংলা ফম্বাল শিম্মরে।

**Light Off.**

## Act IX.

পীতঙাগী মরানয়াই নুমিদাংবাই

[ কুইরবা মতুংনি, পীতঙা য়াম্না চোকথনা লৈ ]

ঈশৈ— মুংশি মাগী চেংলৌদি
চীঙ্গোই তুরেলনা থনখরে
শেলোই চীংজাওদি লানখরে॥
পাইরিক্লো মুংশিবা শেলোই লোক্নুং তমহুনা
য়েম্নিং থাদি লাকপদা থম্মোই নৌহৌনখরে
পাইবিরক্লো মুংশিবা লৈরাং লৈহি থল্লক্লে॥

পীতঙা— (মুঙাইনা) পাম্মু পোইরৈ তাম্বনা মুংশি য়াবা 'মত্তা
থম্মোই মুংদ লৈরিবা তেংনা ফোংঙমখিদেদো।
খুমন মরানয়াইদবু শাইদাংদুনা লৈরমত্রা?
নত্রগা লম্লেন কৈদ মুংশি পল্লমগদবা
মাঙ্গ খোঙ্গুল লিনবা লম্লেন কৈদ চংকনি?

লাম্থাবা— লংমাই লিক্লু লৌথিবী ইমোম নঙবু তাবরা?

পীতঙা— নমোম কাদ করম্বা য়াবা তাকপিগদবা?

লাম্থাবা— শেলোই ঐখোয় য়েক্লবা লাইরেল উরা কোম্থোবা
থম্মুং শবা তান্দুনা মালেম লৈতাইনখরে।

পীতঙা— মীতৈ কংলা ফম্বালদি হাংলিবরা অপোকপা?

লাম্থাবা— মীতৈ কংলা ফম্বালদি হাংফদে করিমুং?

পীতঙা— তুবী লাইরেল মৈদিংঙু হোংনেমচা খুঞ্জাওদি
কংলৈ ফম্বাল লাংহুনা তুবী ফমথোম্নগ্রবা ?

লাম্বাবা— ৱাফম 'হুবু হায়গে নিং ইমোম কাদ ল'কপনি।

পীতঙা— কংলা ফম্বাল হাংফদবা— (মুংঙাইতনা শোনবা)
কাওরমগত্রা ঐহাকপু কাওফদে করিম্মুং।

লাম্বাবা— করিগুম্বা মহাক্লা ইমোম নঙবু ৱাওইদ
থওই ৱাওই তৌত্রবা ৱাম্বে লাম্বাবা ঐগীদি
তাংজ ফিরুক খুম্বনি— খল্লু ইমোন, নহাক্নু
শেলোই লংমাই পুম্বৈস্মু মাই খুবনি খল্লুদো।
লাংতক্লরি ইমোম্না উনিংবনা মহাকপু
করিগীস্নু উনিংলোই তালোই ওইবী মচংনি।

পীতঙা— মপল চৈরাক ফংহুনা লম্লক শনবোই ওইহুনা
ককঙাওননা লাকপদা চংজফমদি পিখিদো।
শেলোই ঐগী ঈকাদ থৱাই হকচাং পোম্বা ওই
শেলোই ইবুং-ইপ্ৰানা মাগী থৱাই তেমশিংঙৈ
নুংনা পালবু ফুৎপা শা মুংশি য়াইবী কনখিদো।
অহুগীস্নু মথক্ত— শরি পন্দোল লোম্নস্মী।
( নিংশিংবা— নাউথিংখোংগী খোঞ্জেলদা )
তুবী লাইরেল মচানি পূক্লিং করি ৱাকাউনি
তুবী লাইবক ফহুনা কংলা ময়াই ফম্নবা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ ইনেম মচাদি

পীতঙ্গা--- নিংথৌ ওইরম ফমড়না লৈম ফমথোন হাপকনি।
লাইরেল ননেম মচানা করি মুংদ কাওরোইদো
ফুংলি থৌজু নুংসিনা অকাউ পরৈ থোক্সি
খুৎফম নাইনা কিরমগে।

[ মুংঙাইতনা হিক-হিক কপ্পী ]

লাম্বাবা — মীৎলু লাইজ তরং হৌ নমিৎ-নমাই ইপোম পোম
খোয়ম পূক্লিং ঝারৌন করি মীৎকপ্পবনো ?

পীতঙ্গা— পন্থো 'পোকপা কাদখু করি হায়না তমসিবা ?

লাম্বাবা — ইমোম নঙনা হায়নিংবা য়াবা পূম্বা শঙলেদো।
ভুবী উৱা কোম্বোবা খমুং শবা তাম্খিৎ
নিংথৌ ফম্বু হাংফদ লৈবাক থোগাই পুন্থনা
ঝায়েন চুপ্পী পাইন্থনা কংলৈ ফম্বাল তোংগনি
পোইরৈ শিল খুংনবু লৈবাক পাউজেল চেনখরে।

পীতঙ্গা— থঙলেন থৱাই কনাখবা
থৌজু নুংবু পুন্থনা পোইরৈ তম্পাক তমগ্রগে।

লাম্বাবা— লংমাই পীতঙ্গা লৌখিবী
পলেম নোনা কায়নঙৈ পন্থো নাঙ্গল অসিদা
চাওননবা য়োক্লকপা ওসি ইমুং শোইদগী
পন্থো ওৎবা ঐহাক্তি মমোম কায়নখিবগী
অরা মৈশ লাংড়না মুঙাইতনা লৈহৌনি।
চৎলবীন পুনবনা অবাবনা নমদ পো

লাম্বাবা— তুংগী খোঙচৎ অসিমা থযুম করি তম্লিবা ?

পীতঙা— পন্থৌ অপোকপা··· ··· [মপাগী মথাদ কোনশিঙ্গে]

লাম্বাবা— মোম্ম, নঙনা শাৎপদি শেলাই লংমাই পামসিদ
লোইবী চীংগী চম্মুনা পোইরৈ কংলৈ পূম্বগী
তুবী ওইরম ফমদুনা মীত লৈম ওইদুনা
কংলা ফম্বাল তোংবদি চীংমী এখোয় পূম্বগী
লাইবক ফবা ওইরনি হায়দসিররা ইমোম ?
অদুম্নদি ওইরগা··· ··· ··· ··· ···

পীতঙা— য়াইফ মপাউ পিবিয়ু।

লাম্বাবা— ইমোম লিক্লু লৌথিবী

পীতঙা— অপোকপা !

লাম্বাবা— নহা ওইঙৈ মরুপ্না অহল ওইর কাওনবা
বারিঙৈগী মরুপ্না, অরাবগা মরুপ শা
মুঙাইগ্র মতমদনা অরাববু কাওথোকই।
লোক্তাক ওইবা মচত্তি, কংল তুরেল কনাইদি
ঈকং থাগী মতমদা ঈতিনফম্বু ওইদঙৈ
মরি তৎন মতৌগুম কাওগ্রবদি কমদৌনি ?
নমু তাইবং মীওইদি কাওজন থিবা মপোক্লি।

পীতঙা— চৎলমদাইগী মতমদা শরি পন্দোল লোম্নমী
কাওদ পুদম ওইনবা থুংফম কায়দা কিরম্বা
নিংশিং পরৈ থোক্লনি— অকাউববু নিংশিংহন।

পীতণ্ডা— নমোম চংচরুখিগে য়াইফ মপাউ পিবীয়ু।

লাম্বাবা— পম্মৌ ওইবা ঐহাক্কি পিনি য়াইফ মপাউদি
[ পীতণ্ডা চৎকদবগী খোরাং তৌবা হৌই ]
অদুম্নদি ওইরদ করম পিনি ঐহাক্কা
ইমোম নঙবু হুংশিংণ্ড শেলোই লালোই পুম্বগী
থরাই চাক্কা তোকখিবা পাম্বা খায়াত্তগীবু
নাম্মোক্তুনা চেনখ্রবা শজি মচা ওইখ্রবা—
নাউথিংখোংবু ফংহৌদা তাকশি শোম্না লৈহৌবা
নবুং-নোপ্না ময়ামগী ঈখেং থক্কা মাম্নবা
নঙগী লিচৎ অদুবু শিংথানিংঙাই ওইবরা ?

পীতণ্ডা— অদুক হকপা য়াবাবু নমোম কাদ ভাকপিবা
ভালোই ওইবা মচৎনি ... ইবু কনবনা
উতাংবীনা কপচনি পামেল উজাও তুবদা
পাইম খোয়থা থাবিদ্নু ইপল পম্মৌ অপোকপা
অথাক-অরাও লাওহনা কোরৌ নোংখোং শিনখ্রতুং
কুমগী নোংবু লাক্তুনা মালেম য়েম্নিং হুনখিগুম
হৌখ্র লানখি কোঙ্গাইছু ঙাকপিরোইদ্রনে পম্মৌ ?

[ হাওশমদা নুং ফুৎখিবগী অয়োম্বা নুং য়াওবা ফিহু
হাপচিল্লি, শমদা চয়োম ফিনচিংবা থরসু হাপচিল্লি—
মপাদা মুম্না য়েংই ]

লাম্বাবা— [মুঙাইতনা, থম্মোই শোক্লা] ইমোম লিক্লু লৌথিবী

লাম্বাবা— চাংঙৌ পানা চেঙবা ঈচেল কনবা তুরেলনা
ইমোম নভনা পামব্রবা পন্থৌ ঐনা থিংলরোই
চেম্প্রবা ঈচেলনা হঙ্গৎপদি চৎনদে
অপাম কাদ চৎখরো মুংশি মগাই থুংশুরো।

পীতভা— ঈপল পন্থৌ অপোকপা—

লাম্বাবা— লংমাই লিক্রু লৌশিনী কশিৎ তুমিৎ কভলোইদা
পোইরৈ বংলা মচিনফাও থিলহনগনি ইপানা।

পীতভা— পন্থৌ অপোকপা— (মপাবু চেৎনা কোনশিন্জ্ঞ)
[ মপা-মচা মনিক্তইরা চেন্ন — পীতভানা হাওশম
লুদ-থোংজুনা ভপা চৎপা থোই ]

Light Off.

# Act X.

কংলা — নুমিদাংদগী অয়ুক

[ কংলা ফম্বাল তোংগদবা নোংম রাংলিতগী নুমিদাংনি।
কংলা মনুং পুম্লাং লাংনৈ ]

নাউথিং— (নুঙাইতনা শোল্লি) লাইবক থিনা শমঙ্গ্রবোই
তত্তুং ঐনা শেলোইদ পীতঙাগী মকাদ
শরি পন্দোল লোম্লম্বা রাশক কায়বা তারবা।
লংমাই চনু নহাকপু নৈম ফমথোল তাপবা
নুংশি ঐগী ইপাউসে পাউথাতুনা পাউতাক্তে
নৈবাক থোনা কনবনা পুন্নমকপু কাওব্রবা।
ঐবু করি হায়রিনি লোনচং নত্তে মাওইবৈ।

খয়োয — পাইম লংজিন কিগ্রবা লংলা লংজিন থোকচগে?

নাউথিং— কৈরুংহাংবী পুকফবী হায়য়ু করি য়ারানো?

খয়োয়— শেলোই লংমাই চনুদি ইচে 'বেম্মা পীতঙা
মাগী মপাল তাংতুনা থঙলেন নঙগী থরাইদি
শল্লকথিদো অতুভৈ, অতুগীম্বু মথক্ত
মাঙ্গ নঙগী নকাদ রাইথুংজব ফংলিবা
ইচেম মাই মপান্ননি কংলৈ মীতৈ নৈমগী
নৈমরেলগী ফমথোনসে ইচেমদবু থিন্দোকসি।

নাউথিং— খল্লি ঐস্থ অতুম্মা—

নাউথিং— খয়ুম মাগী নোংদমখোল করি হায়না তম্লিবা ?

খয়োয়— কংলা ফম্বাল কাবগী পোইরৈ মাইকৈ খুংনবু
লৈরাং লৈনম য়েনগ্রফাও ঙসি ফাওবা অসিদা
মরা-মপাউ তাদবা পুক্নো পাংরো লৈগ্রব্রা ?

নাউথিং— তাইবং কনা হঙদবা খয়ুম মাগী খুৎশেমনি।

খয়োয়— করিগুম্বা লাকপ থোক লৈম ফমথোন থিন্দোকসি
খুমন চম্থ লৈবনা লোইরং শিঙ্খোং ওইবরা ?

নাউথিং— অমত্তনি নহাক্ন্ কৈরুংহাংবী পুকফবী
হয়েং কংলৈ পূম্বগী হাংলি লৈম ফমথোনসে
লৈম নঙনা ওইহুনা মীতৈ লৈম ওইরনি।

[ হরাওনা, নোকফেৎ তৌনৈ খঙমম মমশিনখি। নোং-ঙানবগী লাইট অস্থুম ঙাম্থোরকই, কংলা ফম্বাল তোং-গদবা মুমিৎনি। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পূম্নমক শুনা তিল্লে। ফম্বালগী মথক্তা পাথংবা মচুগী লিন্না থাল্লি—নাকন্দা চোং, চুং ফিরাল তানচিংবা কয়ানা থোগল তৌরি। খোইজু লাইখাম্নচিংবগী মৈথু থারি। নিংথৌ মনাই পূম্নমক্তা শাফি-লানফি শেগুনা থোগল তৌরি। নাউথিংখোং ইরম তরেৎকা ঈশিংনা ইক্ন শান্দেংলবা মতুংদা কংলা ফম্বাল কারমদাইদা তাইরেল মনানা নাউ-থিংখোং অমগুং লৈমরেম্বী থিক্তোকই। নাকন্দুদা নাউ-থিংখোংগী নাকল ওইরপ্না নিংথেম্নবী নোংজেংশু ফম্লি।

নিংথৌনা সনা ফম্বাল হেক কাখিবগা লৈবাক মীয়াম্না]

লৈবাক মীয়াম্না— ইনিংথৌ নাউথিংখোংনা

ময়াম্না খুম্বা— ই ফরে। ( অহুমলক লাওই, খুমই )

মীয়াম— লৈমরেল খয়োয়রোল কৈরুংহাংবীনা

মীয়াম্না খুম্বা— য়াইফরে।

মীয়াম পূম্বা লাংনৈ : অতুগী মতুংদা কংলা য়াইবুং থিনখি, থরাওচ ( ঈরোই মচনি শেম্বা খোংনবা অমা ) খোংই।

পুথ্রম— (খুরুম্মী) ঙসি কোরৌ নোংদগী কংলৈ লৈম ওইরম্বী খাবরোল নোংজেংগুনা নিংথেমনুবী ওইরেদো।

মীয়াম্না— নিংথেমনুবীনা— য়াইফরে।

নোংথোল— উরা কোন্থৌ মপারি তুবী লাইরেল নাউথিংখোং ঙসি কৌবা ইনোংশোয় কংলা ফম্বাল কাহুনা লৈবাক খোগাই পুরনি রায়েল চুপ্লি পায়রনি তুবী লাইরেল ইনিংথৌ নাউথিংখোংনা— (য়াইফরে) খুমন চনু খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী লৈমরেলনা মীতৈ লৈম ওইহুনা তুবী ওইরম ফমহুনা লৈমরেলগী ফমথোন্দি থিন্দোক্লেদো ঙসিদৈ মীতৈ খুমন অনিগী মরি হেম্না চেংলনি ( লাওবা ) লৈমরেলবী কৈরুংহাংবীনা— ( খুম্বা )— য়াইফরে

[ফম্বাল হেক কাখিবগা মীয়াম পূম্নমক্না মকোক নোল্লি থরাওচি হন্না থোংলকই— অতুগী মতুংদা মীয়াম পূম্ন-মক মকোক নোল্লকপগা লোয়ননা পেনানা সনা লমওক শল্লকই।

কোরৌ নিংথৌরেলও
সনা ৱাংবা মৈতেংপৌ
সনা নমিরেল মিরেল থৌয়াংবু
য়িরেল্লক লমহেল্লকী কোল্লে
ইমু ইঙৌরোলগী
থারৈ লেমলৈলক
তাইবং চীংঙু নোংউ মাঙবু,
থায়গৎলক্কে॥
পুন্সি মুংশাংনা
সনা নমিরেল, মিরেল থৌয়াংববু
তিল্লম্লেমনে॥

... ... ... ... ...

ঈশৈসিগা লোয়ননা লাইট মমশিনখি। ঙৈজগী মমাংগী মতাই ওইরপ্না পীতঙা হাওশম অমা নমদা পো মুঙাইনা মমিত্তা ঈৱা চেন্দুনা লৈবত্নমক উহল্লি 'য়াইফরে' লাও-রকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা পীতঙা লেপই। তাঙা অসিদা ফম্বাল থোরম লোইরে খঙনবগী মওংনি।

রাক্রম পন্থোংগী মওংনি। হাওশম থাই। অহুঙৈ কিশি কিখিবা থৌহু নূং ময়াম অহু হৈদোকই। খোঙ তপ্পা খাংবা হৌই—

পীতঙা— ( মতোমতা )

রাজবৈনা নিংনফম দুংশিবৈনা নাউরোইফম
কায়নরমদাই ঈচেলগী তোরৈ ওইবা ঈহনফম
রী-রী হুম্বা মালংবৈ নাপ চিকখোন লেপ্পফম
মশাবী শেৎনবৈনা অরা পিরোই শিন্থফম
পাম্মুববু পামজনা শমু থুংফম নাইননা
নমখাং মচেত্তা কিবা রাহৌ-বারোই অনিগী
থৌহু নূংবু হৈদোকফম খম্মোই বাথৈ বারোইগী
ঙাইরকপদি ওমদ্রবা ফঙমদ্রবা মপোকী
ফংলরোইদা লৈমগী রাখল থাজ লমাসিবু
পোইরৈ মীয়াম পুম্বনা রাক্রম পন্থোং কোলোয়নৌ। (৩)

( নিংশিংলকপা— নাউথিংখোংগী খোঞ্জেলদা )

তুবী লাইরেল মচানি কোরৌ নোংনা খঙসনু
তুবী লাইবক লৈহুনা কংলা ময়াই ফম্লবা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ পীতঙা ওইবীদি
তুবী ওইরম ফমদুনা লৈন ফমথোল হাপকনি
লাইরেল ননেম মচানা করি নুংদা বাকাওরোই
ফুংলিবা থৌহু নূংশিনা অকাও পরৈ থোক্লসি
( পীতঙা য়াম্না মকোক ঙাওবগী মওংদা )

পীতঙা— শেলোই ইচু ইপাচা ঈপল ওইবৈ মমাংদা
ঈকাই মুংশি য়াম্নবা কাওমম্নসু কাওইদা।
(কংলা তম্না তপ্না মাঙ থানা চঙশিল্লকই)

[ মৈ পুমঙান ঙাম্হোরকই— পীতঙা মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা লেপই— মুঙাইতনা য়েংনৈ। নৈম কৈরুংহাংবী মমায় লুক্রপ তৌখি ]

নাউথিং— ( নিংঙমদনা )
লংমাই লিক্রু লৌথিবী লাও চংলকউ ঐগী নাক
পলেম শিন্না নাওরোইবী থবাই মিরেল ওইরিবী
শানৌ ইনেম মচাও করিগীদি হঙোইনি
( ফমফমদগী তপ্না কুমথরকই )
তুবী লাইরেল ঐহাক্না কংলৈ পোইরৈ পুম্বগী
ফম্বাল অসি তোংলসু শানৌ নফম্নাংদদি
শেলোই চীংদ মুয়িনবা নহালনোংগী হোংনেমনি
লৈরি ফম্নেন ফম্ফমলাং পোইরৈ ফম্বাল কমসি
লাও, শানৌ ইনেমচা শারেল ঐগী য়েংলমদ
ফমলো লাওনে মুংশিবী লৈঙাকমিম্নসি নহাক্না।

পীতঙা— তুবী লাইরেল ইশানৌ শেলোই কাদ মুয়িনবা
মুংশি তম্না থোকাওই তুবী করি খোয়জেম্নো?
শেলোই লংমাই পল্লিংনা লাইরেল থবাই হিংখিবা
তুবী করম থোকাওবা কাওমম্নসু কাওমল্লি।

পীতঙা— কত্রং তিলবু ওইরিডৈ য়োকফম পুন্না তিন্নবা
কুরাক ওঙ্ক মতমনা পাইমিন্নবা ফংদবা
লিক্লম অসি তোথায়না— নাম নাম তাহৌরে।

নাউথিং— শানৌ ইনেম মচাও, কাওদে ঐনা করিনোং
ফম্বাল ফম্লেন ফম্ফমথক ফম্লোলাওনে ইশানৌ
লৈরি পোইরৈ ফম্বালথক ফম্ফম চাওনা কন্দুনা
লৈমরেলবী ফমফম্না তরাম্নবু ঙাইরিয়ে।
করিগীদি তুংহন্ন য়ানিংদবা উৎপনো ?

পীতঙা— য়ামজেম কাসা চাওজবী মোম্নু লাইবক থীবীদি
লৈরাং লৈকা শেত্তুনা হঙ্গেন শাশং কেম্নবী
শেলোই থুংচা লাংবচীং মঙ্গল তরং রাকচীং
করম্নবু হলরাইবা ইদ্রু শেলোই মমাংদ।

নাউথিং— পাইম ঐগী য়ানিংদ থরাই মিরেল রারৌবা
মুংশি করি কিশিনো পাইম লংজিল পিয়ুনে
শানৌ নঙগীদমক্ত মুংশি ঐনা হিংথিনোং
করি নোংদ কাওফরোই থম্মোই ঐগী লৈরিডৈ

পীতঙা— মুংশি নঙবু রারৌদে—
মোম্নু ঐগী লাইবক্ত পোইরৈ মীতৈ লৈমগী
লৈমরেলবী ফমথোলসি— তম্নমদবননিকো।

থয়োয়— ( খুরুম্মী, চংশিল্লকই )
লৈমরেলবী ফমথোনগী পোংলোই শম্পোং লৌবিয়ু

খয়োয়—  ( কৎপা )  ইচেম লংমাই পীতঙা ননাও ওইবী ঐহাক্না
কংলৈ লৈঞ ফমথোনসে থিন্দোকচগে ইচেমদা ।
তুবী লাইরেল নিংথৌনা কংলৈ ফম্বাল কারিবা ।
ইচেম পীতঙা লৌখিবী নপান্ননি খঙজৈদো
তুবা লাইরেল মহাক্কী লৈম ওইনা ফংজবা
ইচেম নঙগী নপান্নি, মপোক 'সিদ কাওজরোই

নাউথিং—  শানৌ নঙগীদমক্ত হোংনেম ঐনা হিংবনি
কংলা ফম্বাল অসিদা হাংলি য়েৎলম থংবদা
কংলৈ পোইরৈ পুম্বগী পলেম মমা ওইবীয়ু ।

পীতঙা—  হায়হৈদবা য়াবানি, পলহৈদবা থোনফমনি—
ইপল কাদ হল্লরোই, চেংলৌ উৎপা ইকাইরে
তুবী নঙগী থবাইবু অদুগৈ ঐনা কনখিনোং
শেলোই লংমাই পুম্বগী অচাক বাহৈ মৈরিনা
( মপাগী থোঞ্জেলদা ঙাংখিবহু নিংশিংলকপা )
"থোহু নুংবু ফুৎলগা পালবু ফুৎলি মহায়বা
শেলোই থবাই লিশিংদৈ নুংশি থবাই অমনা
মমল হোল্লি নিংবগী মতিক থোক্পা লমন্দি
থয়ুম মানা পিসন্নু কোয়ৌ মানা খংসন্নু ।"

পীতঙা—  মৈশা ফংল থবাইনি হলবাইররোই শেলোইদা
মোম্নু, নঙগী নশানৌ নোংবাল লিম্নু ঐহাক্না
নমু তাইবং মীওইনা হিংঙম্লরোই নিংথরে

পীতঙা— চীংঙ্ নাক্ত থুংলগে বাংবল পাংনা য়েংলগে।
[ নোংলৈ-থুংশিং অকনবা অমা লাক্লগা পীতঙা য়ুমজাও-
লৈমদা তিংঙ্গ্রে ]— নাউখিংথোংনা পোইরৈ মীয়ামদা
লাওথোরকই, থোঙ্খাং য়াওনা।
নাউখিং— মঙাং ঐগী লৈমরেল লৈরেন হনবী মফমদা
তিনঙ্গ্রে শানৌ পীতঙা তুবী ইরান বাশক কায়
তাও, পোইরৈ মীয়াম পুম্বা তাও নিংথৌ ঐ ইয়াথং,
শেলোই লংমাই পীতঙা য়ুমজাও লৈমদা তিনখিবা
ঙসি কৌবা নোংদবু কুমওন চহি খুদিংদা
হয়েং পোইরৈ চাদোম্বা বাঙম শুদোন তানবনা
লোইদাম মকুম খুদিংদ পোইরৈ পুম্বা পুনেম্না
লংমাই পীশিন চীঙ্গোইয়ি লৈহুন তমসি লৈরাংনা
নোংয়াই য়িদা ঈরুপসি লৈমরেলবু নিংশিংনা॥

**Light Off.**

লোইরবা।

# থাংবগী কোংখারবা লাইরিকশিং

● শৈরেং —

থম্মোই তোংথা

কেতুকী

বাংমদা

খুন্থেকপা হুগী শৈরেং

● ড্রামা —

চিত্রকার

সুরঙ্গ

শ্রীমু

লৌওইবী

● উপন্যাস—

কনানা কায়বিগনি

কনাদনো হুৎদবা

---